# মপান মনিপুরগী

## মনিপুরী শৈরেংদা মীথয়েং অমা



— ক্ষেত্রিমযুম নোবিন

# মপান মনিপুরগী
# মনিপুরী শৈরেংদা মীৎয়েং অমা

— ক্ষেত্রিমযুম নোবিন

দি মনিপুরী লিটারেরী ফোরাম, আসাম
পি: ও. মাছপাড়া, জিলা - কাছাড়, আসাম

**A LOOK AT THE MANIPURI POETRY OUTSIDE OF MANIPUR** *(in Manipuri)*

[ Critical Essays on Manipuri Poetry outside of Manipur]
Written by Kshetrimayum Nobin, of Alipore Mission, P O Banskandi, Dist - Cachar, Assam, INDIA Pin - 788101


- *অফোঙবা* ঃ দি মনিপুরী লিটাবেরী ফোবাম, আসাম, মাছপাড়া, কাছাড।

- *অহানবা ফোঙবা* ঃ নভেম্বর তাং ১৯, ২০০৬ ইং।

- *কোপী মশীং* ঃ ৩০০ তং

- *মমল* ঃ লূপা ৩৫/-

- *মখুম* ঃ থেঙ্গুজম গৌবমনি

- *নম্ফম* ঃ গৌব আফসেট প্রিন্টার্স, পযলাপুল।

# কথোকচবা

*মনিপুরী সাহিত্যগী থৌগলদা ঐবু ইনশিনবিবকখিবা অমসুং মতম খুদিংদা শৌগৎপীবকপা ঐগী মকুপশিংদা —*

সাপম বল্লভ ঃ (লৈফম — কাছাড়গী পালাববন্দ), মীযাম্না শকখঙনববা ৰাবীমচা ইবা, এক্স প্রেসিদেন্ট, মনিপুরী সাহিত্য পৰিষদ, আসাম, বাঁশকান্দি মসা।

কৈসাম বিদ্যাপতি ঃ (লৈফম — কাছাড় বাঁশকান্দি, চন্দ্রপুৰ), শক্লাইববা ৰাবীমচা ইবা, প্রেসিদেন্ট, মনিপুরী সাহিত্য পৰিষদ, আসাম, বাঁশকান্দি মসা, জেনৰেল সেক্রেটাৰী, মনিপুরী শোর্ট স্টোৰী সোসাইটি ইন্দিযা, লখিপুৰ, কাছাড়।

যুম্নাম ইন্দ্রবাবু ঃ (লৈফম — কাছাড়গী মাছপাড়া), মনিপুৰ মপানগী মনিপুরী দ্রামা ঈহৌগী লমযানবা অমসুং লূচীংপুৰেল, মীযাম্না শকখঙনববা দ্রামা ইৰা, প্রেসিদেন্ট, দি মনিপুরী লিটাৰেৰী ফোৰাম, আসাম, মাছপাড়া।

কোন্থৌজম মঙানজাউ ঃ (লৈফম কাছাড়গী কৰইকান্দি), জেনৰেল সেক্রেটাৰী, [illegible], দি মনিপুরী লিটাৰেৰী ফোৰাম, আসাম, মাছপাড়া।

— ক্ষেত্রিমযুম নোবিন
নভেম্বৰ ১৯, খৃ চ ২০০৬।

# ৱাফম খরদং

*মপান মনিপুবদা মরু ওইনা আসামদা মনিপুবী শৈবেংগী পোখোক সাহিত্যগী অতোপ্পা মখেলশিংগা চাংদম্নবদা শীংথানিঙাই ওইনা মবাং কাযবে। লুবিবদি শৈবেংবগা অপাবশিংগা চাংদম্নবদা শৈবেংবশিংগী মশীংনা হেনবগুম তৌই। অমবোমদা, পুখোবক্লিবা শৈবেংশিংসিগী অবেপ্পা মশক মওং মমল লেপখোক্লবা পুক্লিং চঙদুনা, মীৎযেং থমদুনা চঙশিনবা মীওইশিংগী মশীং থীরুবদা নীংবা কাযনিংঙাইনি। মশক মওং লেপ্পা ঙমদবা তাববদি পুখোবক্লিবা পোখোকশিংসিগী মমল কবম্না লেপকনি — মমল খঙদ্রিবা শৈবেংশিং ওইনা অসুম লৈহৌবা তাবববা।*

*ৱাখল অসিনা লমজিং ওইদুনা দি মনিপুবী লিটাবেবী ফোবাম, আসামনা শীল্লাংদুনা ইং ১৯৯৭ কী নোভেম্বব ২৪ দা অহানবা খোঙজং ওইনা শৈবেংগী মতাংদা খন্ন-নৈনবগী থৌবম অমা কবইকান্দি পাব্লিক হাইস্কুল শঙ্গাইদা পাঙথোকপা শৈবেংশিংগী মশক মওং মমল লেপ্পগী ঈহৌ অমা শাগৎচখি। মদুগী মহয ওইনা ঙসিদি লমদম অসিদা যাম্না তাঙলিবা মখলগী লাইবিক ওইবিবা ক্ষেত্রিমযুম নোবিনগী "মপান মনিপুবদা মনিপুবী শৈবেংদা মীৎযেং অমা" মীংখোনবা লাইবিক অসি মীযামগীদমক পুখোকপা ঙমজবনি। মসিমক্লা লম অসিগী মপুং ফাবা লাইবিক অমা ওইবে হাযজবা নত্তে।*

*ক্ষেত্রিমযুম নোবিন লমদম অসিগী নৈহাওদা মযোল চোংলকপা শৈবেংবা অমা ওইবতা নত্তনা শৈবেংশিংগী মশক মওং মমল লেপখোক্লবা পূকচেল শেংনা হোৎনজবিবা থৌমী অমনি। মশাগী চিনম্ববা মতমগী মনুংদা চোকথবা নৈতনা থি-হুমদুনা চাওম্ববা থবক অসিবু পাংথোকলিবসি শীংথানিংঙাইনি। মাগুম্বা কযাদগী থৌনা ফংলমদ্রবদি ফোবাম অসিগী আশা কযা মঙলান ওইদুনা লৈবমগনি। ফোবাম অসিগী মীৎযেং পান্দমশিংবু পূকচেল শেংনা শৌগৎপীবতা নত্তনা মতাং মতাংদা অঙকপা থৌনা কযা পীদুনা লাকখি — ঙসিসু পীবি।*

*লাইবিক অসি শুপ্নগী শৈবেংগী হীবম অহুমদা মীৎযেং থমদুনা নৈনবা লাইবিকনি। লাইবিক অসিনা অইবা, অপাবা অমসুং সাহিত্যবু হীবম অমা ওইনা তম্লিবা কযাদা খবদং মঙাল পীবা ঙম্লগনি খল্লি। লোযননা মতিক মগুণ কযানা নৈতেংলবা খুন্নাই অসিগী লমদম অসিগী সাহিত্যগী পোখোকশিংবু হেন্না ফজনা মশক মওং মমল লেপ্পগী থৌদাং লৌখৎপিবক্লনি হাযবগী চাওববা আশা থমজবি।*

কোন্থৌজম মঙানজাউ
*জেনবেল সেক্রেটাবী,*
দি মনিপুবী লিটাবেবী ফোবাম, আসাম
১৪/১১/২০০৬ ইং।

# ৱাহৌদোক

*মনিপুরী শৈরেংগী হোংলকইবা মশক অসিদা সাহিত্যগী খোঙচৎতা মীৎয়েং থল্লিবশিংদা হবাওবগী ঈথক অমদি হৌহল্লি। থোইদোক্লা মনিপুর মপানগী মনিপুরী শৈরেংগী মতাংদসু শৈরেং পামজবশিংদা হবাও মোমোনগী পূক্নীং ঈথিল অমা কাহনবা ঙম্লে হায়নীংই। অদুবু কবিশিংনা চৎকদবা খোঙচৎতি যাম্না শাংঙি, অরোয় অথম নৈতে হায়বা যাই। কলাগী ওইবা পোৎথোক্কী তত্তনা হোংলকইবা মশকতা 'অসিনা লোইরে' হায়নীংঙাই নৈতে।*

*শৈরেং নৈনবগী অরুবা থৌদাং অসি অপঙ থৌনা ওইনা পাযখৎচরুবা অসিগী মতাংদা ওঝা এলাংবম নীলকান্তনা চিঠি অমদা (তাং ১৫/১২/১৯৯৮ ইম্ফালদগী ইবিবকপা) ঐঙোন্দা ইবিবকখি — "ইবুংঙো নোবিন, নঙসে মীনা মেমোরিয়েল লেকচর ফাংসন' দা নহাক্কা উনদুনা রাবী মতেক অমা শান্নখিবদু নুংঙাইখি। নহাক্কী Symbolism গী মতাংদা ইবদু পাবে — ফজে। নহাক্তি Critic ওইবা যাগনি। আশীর্ব্বাদকা লোযননা — নীলকান্ত" ঐবু অসুম্না থৌগৎপীবগীদমক্তা লৈখিদ্রবা ওঝাগ ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচরি অমসুং ভক্তি কৎচবি।*

*লাইবিক অসি ফোঙদোকপদা অযাবা পীবিবকপগীদমক "দি মনিপুরী লিটারেরী ফোরাম আসামগী জেনরেল সেক্রেটারী কোন্থৌজম মঙানজাউ অমসুং প্রেসিদেন্ট যুম্নাম ইন্দ্রবাবু মরুপ অনীবু থম্মোয শেংনা তৌবিমল খঙবা উৎচবি।*

*লাইবিক অসি অরীকপা মতমদা ছাপা নমদুনা পুথোকপীবগী অরুবা থৌদাং লৌরীবগীদমক গৌর প্রেছগী মপু থেঙ্গুজম গোবমনি অমসুং প্রেছকী অতৈ থবক শুবশিংদা থাগৎপা ফোঙদোকচবি।*

*লাইবিক অসিনা মনিপুরী সাহিত্য ইমাগী থৌগলদা কবিগুম্বা মচল অমা ওইনা শীঙথাবিবক্রবদি ৱাজরুবা পূম্নমক মপুং ফানা মহৈ যাল্লে লৌজগনি।*

*মযামগী সেবাদা,*

**ক্ষেত্রিমযুম নোবিন**
আলীপুর মিশোন
পো আ - বাঁশকান্দী-৭৮৮১০১
জিলা ঃ কাছাড(আসাম)
ফোন ঃ ০৩৮৪২ - ২৫৬০৪৭

**নভেম্বর, তাং ১৭**
**খৃ চ ২০০৬**

# য়াওফম তাকপা

# আসামগী মনিপুরী শৈরেংদা সিম্বোলিজম্

সিম্বোল হায়বগা ঐখোযনা কবিগুম্বা পোৎ অমা উৎলগা মদু নত্তবা অতোপ্পা পোৎশক অমা তাকপবু খঙনৈ। মীয়ামগী ওইবা খঙনববা সিম্বোলশিংদি ঃ অঙৌবা খুনুন ঈংথবা (peace), লম্বী চখোক চশিন লমলোংদা অশংবা মঙালনা চৎপা যাবে, অঙাংবা মঙালনা চৎপা যাদে হায়বা তাকই। নোংথাং কৃষ্ণনা অকীব, রাহোংন নাপল খঙনৈ। অঙাংব গুলাপন নুংশিব খঙনৈ। সিনেমাগী থরাম্মিচাক (film star) হায়বগা থোইদোকপা এক্টব অমবু খঙনৈ। ভাবতকী নীংতম ফিবালদা যাওবিবা অশোক চক্রনা নুংশি চান্ননা হিংমিন্নদুনা চাউখৎপগী সিম্বোলনি। লোল অমসুং খোম্লোক্কী ওইব সিম্বোল লৈবি। মযেকশিং ক, খ, গ, ঘ নচিংবন তোঙান তোঙানবা খোম্লোক্কী সিম্বোলনি। মশীংশিং ১, ২, ৩, ৪ নচিংবন অকক্লবা মশীংশিংগী সিম্বোলনি। = +, –, X, – নচিংবন মান্নবা, তিংশনব, খাইদোকপ, পুবিব অমসুং যেন্নবনচিংব অংকগী সিম্বোলশিংনি। সাহিত্যদা উপমানচিংব অলংকাবগী সিম্বোল লৈবি। অদুবু সাহিত্যদা সিম্বোলিজম হায়ন শীজিন্নবিবসি মথক্তা হায়খ্রিব পূন্নমক অসিদগী খব তোঙাল্লি। মীযাম্না হান্নদগী খঙনবক্রুব ইচম চম্ব সিম্বোল অদুশিং নত্তদুনা তোখাযবা মীৎযেং অমগা লোযননা শীজিন্নবা সিম্বোলশিং অদু সাহিত্যগী সিম্বোলিজমনি, মসি সাহিত্যগী ঈহৌ অমনি। Literary school নত্রগা Litarary movement অমনি।

সাহিত্যদা চৎনবিব লোলশিং বোমান্টিসিজম, ইমেজিজম হাযবনচিংবশিং অসি নোংচুপ লৈবাকশিংদা তোঙান তোঙানবা মতমদা থোক্লকখিবা সাহিত্যগী ঈহৌশিংনি।

সিম্বোলিজমগী ঈহৌ অসি বিযেলিজম অমসুং নেচাবেলিজম ঈহৌশিংগী মায়োক্তা থোবকখিবনি। Realism হাযবদি পুন্সিদ থোকপ অদুমক চপ মান্ননা উব অদুবু খঙনৈ। নেচাবেলিজম হাযবনা বিযেলিজমদগী হেনজিনখিদুনা তশেং তশেংব মশক চা-থকপ, ফি শেৎপ ফাওব চপ মান্নন উৎপ অদুবু খঙনৈ। বিযেলিজম-নেচাবেলিজম মীওইবগী নুংগী অশেংবা মশক অদু উৎপ ঙমদে হাযবদগী সিম্বোলিজম অসি থোবকখিবনি।

সাহিত্যদা সিম্বোলিজমগী ঈহৌ অসি ফ্রান্সকী সাহিত্যদা ইহান হান্না লাকই। ফ্রান্সকী কবি বৌদলেযব (Baudlaire) গী কাব্য "Fleurs du mal" (1857) ফোঙদোবকপগা লোযননা সাহিত্যদা সিম্বোলিজমগী ঈহৌ অসি হৌদোকখি। মতুংদা ফ্রান্সকী কবিশিং Rimbaud, Varlaine, Mallarme, Valerie নচিংব সিম্বোলিষ্ট কবিশিং থোবকখি। ফ্রান্সকী সিম্বোলিষ্ট কবিশিংগী শৈবেংশিংদা rich suggestiveness ওইব তশেং তশেংন হাযদোকপ নত্তবা খুৎই উবা ফংই। মৈতৈ কবি দিলিপ মযেংবমগী লোন্দাদা হাযববদা — "শৈবেংগী নুংঙাইববা তাইবংপান অমদ ঙাওহনবদি বৌদলেযবগী রাহৈগী মিউজিক অমদি মলাবমেগী ঈথক ঈপোম মযামনা যোমশিনবা লৌনিংবত লৌব যাব শৈবেংগী ফজবব মূর্তি অদুনি।"

সিম্বোলিষ্ট মুভমেন্ট অসি ফ্রান্সতগী হৌবদুনা ইংলেণ্ড অমদি আমেরিকানচিংব মালেমগী অতৈ মফমশিংদা শন্দোবকখি। ইংলিশ সাহিত্যদা শীংথানিঙাই ওইব সিম্বোলিজমগী কাব্যশিংদি T S Eliot কী "The Waste Land" অমসুং W B Yeats কী "Byzantium" নি। সিম্বোলিজম ঈহৌগী মতাংদা নৈনদুনা ইব লাইরিকশিং Arthur Symmons কী "The symbolist movement in Literature" (Rev Edn 1919) অমসুং Kenneth Comell গী "The symbolist movement" (1951) পাবা যাই। মমিং চৎলবা ইংলিশ সাহিত্যগী সিম্বোলিষ্ট কবি খবদি Arthur Symmons, Ernest Dawson W B Yeats, T S Eliot, Ezra Pound, Dylan Thomas, Hart Crane, E E Cummings, Wallace Stevens নি।

অদুবু সাহিত্যগী ওইবা খুৎইদা কনাগুম্বা কবিবু অকক্লব ঈহৌ অমখক্তগী ওইবা শৈরেং ইব ওইন থেংনগন্দে। ক্লাসিসিষ্ট Shakespeare দা মোদার্নিজমগী মচাক যাম্ন যাওই হাযনৈ। মোদার্নিষ্ট অমদি সিম্বোলিষ্ট কবি T S Eliot কী কবিতাদা রোমান্টিসিজমগী শক্তম যাম্না যাওবি হাযনৈ। সাহিত্যদা খ্বাইদগী সিম্বোলিক ওইবা খুৎইদা খ্বাইদগী রোমান্টিক ওইবা মচাক থেংনবি। কনাগুম্বা কবি অমবু অকক্লব সেন্সিবিলিটি অমখক্তন পুন্দুন থম্ম ঙমদে। কবি অদুগী খুৎইদা মপুং ওইন চৎপ মশক অদু লৌবগা কবি অদুবু রোমান্টিসিষ্টনি নত্রগা সিম্বোলিষ্ট অমনি হাযন লেপনবিবনি।

নোংচুপলোমগী ঈহৌশিং অসি মনিপুর যৌবকত্রিঙৈদন মনিপুরী সাহিত্যদি মমাংঙৈদগী হাযবদি পুযাগী মতমদগী হৌন যাম্ন মবীক চুম্ব চঙখোনব সাহিত্য ওইবম্মী। মালেমদ ফাওব তাঙন থোকলব অরাংব রাংঙুবোন (Philosophy) গী ওইব মনিপুরী সাহিত্যগী মযায ওইব যুগকী শৈরেং অমতং খুদম ওইনা পল্লবদা

*চেক্রা পাইখববন পোম্বী হঞ্জিল্লকপদা*
*চেক্রাগী কাযদোংফম খঙদবন*
*পোম্বী কঙঙাওনববোই।*
*শাবী ইনেম্মচা পাম্মুবা*
*চীংনুং সনা লোক্তগী।*
*পাইবিবকউ —দে।"*

শৈরেং অসিদা চুম্নগী মপান্থোংগী ' পোম্বী-চেক্রা' গী অর্থদু নত্তদুনা কনাগুম্বা প্রেমিক প্রেমিকাগী নুংগী ওইব মবী তাক্তুনা নত্রগা তাইবং মপু অমসুং তাইবংমী ভক্ত কনাগুম্বগী থরাযগী ওইব অথুপ্পা মবী অদু তাক্তুনা অরাংব থাক্কী ওইন মীযামগী ওইব ফিদম্নিঙাই ওইবব রাখল্লোন অম ফোঙদোক্লি।

মনিপুরী সাহিত্যদা নোংচুপলোমগী সাহিত্যগী ঈহৌশিং অসি যৌবকপদা চহী চামবোম চঙত্ত্রবসু মনিপুরী সাহিত্যদা ঈহৌশিং অসিনা পীবকপা ঈথিল অমদি পুবকপা

অহোংবশিং শীংথানিংঙাই ওই। মতাং অসিদা শ্রী লোংজম জযচন্দ্র সিংহনা হাযবম্বদু পঞ্জনিংই — 'চাউবা-কমল-অঙাংহলনা মহুৎ শিল্পম্বা শৈবেংগী মশক অদুগা নীলকান্ত-সমবেন্দ্র-শ্রী বীবেননা মহুৎ শিল্পক্লিবা শৈবেংগী শক্তমশিং অসিগা চাউনা খেন্নবকপগা লোযননা মনিপুবী শৈবেংগী খোঙচৎসু হেন্না লুশিল্লক্লি অমদি অবোযবা মশক অমসুং মমল পীবা ঙমলকত্রি। ৰাখলগী হেন্না কুপশিল্লকপা মীৎযেংগী হেন্না লুশিল্লকপা বাহংগী হেন্না চংশিল্লকপা তাংকক অমনি।" (নীংতম্লবা মতুংগী মণিপুবী শৈবেংগী মমল লেপ্পা)।

ঐখোযগী যুমথংনবা বাংলা সাহিত্যদসু নোংচৃপলোমগী ঈহৌশিংসিনা অহোংবা পুবকখি। বিশ্বকবি ববীন্দ্রনাথ ঠাকুবগী কাব্যলৈকোলগী মাযোক্তা পুখোবকই অনৌবা কাব্যলৈকোন কবি জীবনানন্দ দাসনা। সমালোচক উৎপল চক্রবর্তীনা হাযখি — "কবিতা পডতে গেলে তাই প্রচলিত ইমেজ আব চোখে পডেনা, ছবিতে প্রতিবিম্বিত হযনা চেনা দৃশ্যপট। পৃথিবীবতো অনেক বযস হলো। গান, কবিতা, ছবি ইত্যাদিবও। দর্শক পাঠক হিসাবে আমাদেব মনেব ম্যাচুবিটি না হলে আব চলবে কেন?' (ছবি, কবিতাব ছবি, ছবিব কবিতা)।

ইংলিশ সাহিত্যদা কবিতাগী মতাংদা হোংলকখিবা মীৎযেং পনব যাই। William Wordsworth ন হাযবম্ব — "Poetry is spontaneous overflow of powerful feelings, it takes its origin from emotion recollected in tranquility" (Lyrical Ballads Preface) মদুদগী পুমতোং তোঙানবা মীৎযেংদা T S Eliot ন হাযবকই — "Poetry is not a turning loose of emotion, but an escape from emotion, it is not the expression of personality but an escape from personality" Ezra Pound ন হাযবম্মী — "Great Literature is simple language charged with meaning to the utmost possible degree
An image is that which presents an intellectual and emotional complex in an instant of time"

মনিপুবী সাহিত্যগী আধুনিক যুগকী ঙল্লিঙৈ মতমগী শৈবেংশিংদা সিম্বোল শীজিন্নববসু মদু সিম্বোলিষ্ট মুভমেন্টকী মমি তাবদি নত্তে। খুদম ওইনা কবি খ্বাইবাকপম চাউবগী "নীংখাযবে" শৈবেংদা অবিবা মৈতৈ Culture বু 'পল' ওইনা লৌবগা শীংনবা ঙমলবোইদবা অহোংবা লাকপদুবু "পল নীংখাযব" ওইন উৎলি। ডাক্তব লমাবম কমলগী "মৈতৈ কোকিল" দা হাযবিবসি উচেক নত্তে, পুযাগী মবমদা মৈতৈ সাহিত্যনা থাক্ ৰাংনা লৈবম্বগুন্ন আধুনিক্কী ওইব মওংগী মালেমগী লোল অতৈগী সাহিত্যগা থোংমান্ননা মৈতৈ কবিসু চোংথোবক্লো নিজবনি। মনিপুবী সাহিত্যগী আধুনিক যুগকী খেংথবক্লবা মতমদদি সিম্বোলিষ্ট ঈহৌগী মমি তাব ফজন উব ফংলে। কবি লাইশ্রম সমরেন্দ্রগী "কোনুং কাং তুবদা" শৈরেংদা মনিপুবী সংস্কৃতিগী হোংলক্লিবা মশক মওংদা কন্নানসু থিংবা ঙমদবগী ফিভম অদুবু সিম্বোলদা উৎলি। নোংথোম্বম শ্রীবীবেনগী 'তাংখুল হুই" শৈরেংদা মালেমদা থোকলিবা সমাজিক বাজনীতিক অমদি শেম্মীৎলোনগী সমস্যা

অশোনব 'কোন্মীবৈ' বু অকনব 'থাউবেক তৈবব ড্রাইভব'ন বাজনীতিক নত্রগা শেলথুমগী ওইব 'নুংজাও কিলা কিলা' ন পৈশিল্লকপদা উপায় লৈত্রব যুমলোন্নব পাঙ্গলশোনব 'তাংখুল হুই' ন কন্নানসু তাবিনবা লৈত্রবসু লাউজবদু সিম্লোলদা উৎলি। অসুন্না কবি থাংজম ইবোপিশক্কী 'হযিংখোংযাম্বী' দা মীওইবগী লমচৎকী অশেংব যাওবক্তব, বাজনীতিগী অমোৎপ, মীওইবগী মমল হন্থবকপ, ধর্ম অমসুং লাই-তীনদা থওইনবক্তব, মশা মশাগী ওইজব তানবতন অশিংবা শকপ, Drug culture গা মবী লৈনব মীওইবগী পুন্সি মীৎযেংবু হযিংখোংযাম্বীদা পানশিন্দুনা উৎলি। হৌজিক্কী মীওইবগী লন্মাংনবব পুন্সিগী মশক যুমলেন্নম ইবোমচানা মাগী 'অবোইব ৱা' শৈবেংদা সিম্লোলন উৎলি —

*"খুং অমা*<br>
*উরু উরু উঙলি*<br>
*হংগনু —*<br>
  *"মসিগী কান্নবা কবিনো*<br>
  *মসিগী কান্নদবনা কবিনো"*<br>
*কান্নবা কান্নদবা*<br>
*কবি খেন্নবিবগে*<br>
*হো পুন্সি*<br>
*যু থকউ*<br>
*গঞ্জা থকউ*<br>
*কানি চাও*<br>
*কাউথোকউ তাইবং পূম্বা*<br>
*মঙ মঙঙু নুঙাইনা তূম্মু*<br>
*হংগনু —*<br>
  *"কবিগী পোক্লক্লিবা ঐখোযনা*<br>
  *কবিগী হিংগদৌবিবা ঐখোযনা"।*

মতাং অসিদা ৱাফম অমতং থমজনিংই। মদুদি শৈবেংদা হৌজিক্কী সমাজকী মমি তাব, লৈখা তাবব মীওই শাজৎ-লমচৎকী মশক যেংলগসু অমোৎপ অথীব লাইযেক অদুদগী কবম্ল মীওইবন যাইফব ফজব অচুম্ব অশেংব লম্বীদা লাক্কদগে হাযবদুগী ইঙ্গিত অম পীব নত্রগ লম্বী তাকপ মখলগী সাহিত্য অদুনি ঐখোযনা থিজগদবা। অমোৎপ পাৎথি কোমথিগী মশক ওইববা সমাজকী লাইযেক কাব্যদা যেকলিব অদুদা কবি মশামকসু disillusioned ওইদুনা মদুদ চোংথবগী নত্রগ উপায লৈজদদুন মাঙমিন্নবগী বাখল্লোন ফোংদোকপ মখলগী কাব্য অদুদি অৱাংব মখলগী কাব্যদি ওইবা যাবোইদ্রা খল্লি। T S Eliot ন হাযবম্মী, "The essential advantage for a poet is not to have a beautiful word

with which to deal, it is to be able to see beneath both beauty and ugliness, to see the boredom, and the horror and the glory " ("The use of Poetry and the use of Criticism" – T S Eliot, Faber and Faber London 1995, p 106)

অদুগা শৈরেংগী মওংদা ইব পুন্নমকপুসু ঐখোযনা শৈরেংনি হায়বা যাদ্রি। কাব্য ওইব তাই, সাহিত্য ওইব তাই। অইব পূন্নমক কাব্য নত্তে, অইব পূন্নমক সাহিত্য নত্তে। লোযনন হৌজিক্কী মতমগী ওইবা মালেমসিদা লোল লোলগী ওইব শৈরেংগী ঈহৌশিং, শৈরেংগী হোংলক্রিব মশকশিংসু কবি অমনা খঙফম থোকই। হৌজিক্কী কবিদি লাইবিক যাম্না পাব তাবনি। সমাজকী ওইব, লৈবাক্কী ওইব অমদি মালেমগী ওইব থৌদোক রাথোকশিংদগী কবিন মতোমত তোঙান্না কা অমদ থোঙ লোনশিন্দুন উশিন্নদদুনা লৈবসু ওইথোক্তে। মতম অসিগী কবিদি মতম অসিগী কবি ওইব তাবনি। রাজনীতি, অর্থনীতি অমদি সমাজকী ওইব ফিভমশিংন পীবকপ চৈফ্রন মীওইবগী মীৎযেং অমদি রাখল্লোন্দা পুবকইবা অহোংবশিং ফোংদোক্লবা অমসুং ফোঙদোকত্রিব মীওইবগী নুংগী রাখল পবীং মতমগী কবিতানা উৎকদবনি। J P Das অমসুং K Satchidanandan ন "Kabita 93" (Virgo Publications, New Delhi - 110017) গী রাহৌদোক্তা হাযবম্মী — "Poerty is one of Society's most sensitive instruments of self awareness It can see and hear things beyond the perception of day-to-day politics Poetry becomes useful to Society not by mouthing truths already possessed by religion or politics, but by exploring the uncharted areas of individual and social experience The past gives voice to what is without a voice and names what is as yet nameless Poetry reveals aspects, situations and languages of the outer and inner worlds, often repressed and hence invisible in the realm of ordinary discourse It also imposes new patterns of language, reflection, vision and imagination on its readers and creates values which are aesthetic and ethical at the same time "

আসামগী মনিপুবী কবিশিংগী মতাংদা নৈনবদা মথক্তা পঞ্জিব্রিশিং অসিগী যুম্ফমদা নৈনবা তাবনি। আসামগী মনিপুবী শৈরেংদা নোংচুপকী সিম্বোলিষ্ট ঈহৌগী মমি তাবদি থেংনবে অদুবু কনাগুম্বা কবিবু সিম্বোলিষ্টনি হাযনা খুৎ থিন্দুনা তাকপগী মতমদি ওইদ্রিববা খঞ্জে। আসামগী মনিপুবী কবি খবদি বোমান্টিকনি হাযনা খ্বাই লৈবাক মীযাম্না যানববনি। খুদম ওইনা, কবি শগোলশেম ধবল, কবি খৈরুদ্দীন চৌধুবী, কবি আব্দুস সহীদ চৌধূবীনচিংব। মখাদ পীজবিব কবি খবগী সিম্বোল শীজিন্নবা শৈরেংশিং নৈনবা অসিন লমযানব ওইদুন

নৈনব কল্লগা শোযদনা নোংমদি আসামগী সিম্বোলিষ্ট কবি নাখে শেংন মীযাম মাঙদা চোংথোবক্কদ্রা খঞ্জে। চাউবাক্লা মোদার্নিজমগী লৈখোন চেনবা, হৌজিক্কী মীওইবগী Complex life situation গী মমি তাবা, মীযাম্না কবি অমনি হায়না পাকতক্লনা শক খঙনববা, consistant ওইনা শৈরেং ইদুন লাকলিব যামদ্রবদ শৈরেং লাইবিক ইদুন ফোঙদোকখ্রব আসামগী মনিপুবী কবি খবগী সিম্বোল শিজিন্নব শৈবেং খব মখাদ নৈনজবি। কবিশিংগী কাব্যগী পোথোক মতুং ইন্না নৈনজবনি। কবিশিং অসিগী অযাম্বনা হিংদুন লৈবিবনিনা মখোযগী চপচাবা মশক লেপ্লদি ওইথোকত্রি — মতুংদা অনৌবা মখলগী কাব্য পুথোবকপ যাবগী থাজবা লৈবন। লোযননা কবি অমগী কাব্যলৈকোলদগী শৈবেং ১/২ নৈনব অদুন কবি অদুবু মপুং ফান খঙব ওইথোক্তে হাযবসিসু চুম্মী। পূন্নমক অসিগী মথক্তা আসামগী মনিপুবী কবিশিংগী ফোঙখ্রবা কাব্য পূন্নমক খুত্তা ফংব ঙমদবদগীসু নৈনজবিব অসিগী অশোনব অম অদুম লৈববনি।

(১) অহানবদ লৌখৎচবি কবি সৌগাইজম ব্রজেশ্বব। কবি সৌগাইজম ব্রজেশ্বব সাম্যবাদকী ওইব Communistic viewpoint তগী ওইব শৈবেং ইব মনিপুবী সাহিত্যদা তাঙন থোক্লব কবি অমনি। মহাক্কী শৈবেংশিংদা সিম্বোল তোযন শীজিন্নে, মহাক্কী "অহীংগী সেন্দ্রাং অম" শৈবেংদা (হঙোই খোংবদসু লিঙ্গ হোংবদসু — ল ২৫) নীংতম্বগী আশা তৌজরুব অসোনব মীওই অমবু "সেন্দ্রাং" গী সিম্বোল উৎলি। নীংতম্বগী আশা তৌজরুবা মীওই অসিবু তৌঙম্ব লৈবাক ৰাযেল চুপলী পাযব "হিংচাব" শিংন নমদুন হাৎখিবগী ৰাবীনি।

> *"মমীৎ তাঙলবা মঙালগী মচেৎ অম পামজক্দুন*
> *পাইথোবকই অহীংগী অতিযাদ*
> *শেন্দ্রাং অম মফম খঙদন,*
> *নীংখাযবব মকোন হুনজেকলমদুন*
> *অদুবু যেৎশিনখ্রে মাগী শাখপ পূন্নমক*
> *অদুগ থেংজিনলি অনাব মকোকতো হন্ন হন্ন*
> *কাখনদুগী ফকলাংদা।"*

"মৈচম" কৌবা শৈবেংদ লম্বীগী উফুল মবক্তা চন্নফম খঙদন লৈবিব শীংতেক অমবু মীচমগী সিম্বোলদা যেকলি। মীচম অদুসু মহাক্কী ঙমজবা হৈনজব শিনফমদা অঙকপ ওইন কান্নগদব মীযামগী ওইন চাওখৎপ পুবক্কদব মচাক লৈ, মীচমনি হাযদুন ইম্থোক্তুন থল্লবদি মাগী লৈজবিব গুণশিংদু অবেম্বদ মাঙলগনি হাযব তাকই। Human Values কী ৰাফমনি। শেল-থুম পাযব, মাগী মী লৈব, যাইতোং-খমদোংবশিংতন লৈবাক্কী অচৌব থৌ নত্রগ ফম পাযগদবনি নত্রগা মখোযতন সমাজকী লৈবাক্কী যাইফব পুবকপ ঙম্মী হাযবসি কবিন যানিংদে।

"ইতিহাসকী অশেংবা মশক খঙলব্র" হাযব শৈবেংদ (ওঁ বিষ্ণু ওঁ বিষ্ণু, লা ৮) 'ধর্ম বাজ যুধিষ্ঠিব' বু হৌজিক্কী লাইবিক হৈববা অখঙ অহৈশিং অদুগা 'দ্রৌপদী' বু উপায লৈজদ্রবা

লাযববা অমসুং 'দু শাসন' ন শক্তি পাযবা কনাগুম্বা অবানবা তৌবা মীওইগী সিম্বোলদা যেকলি ঃ

*''যুধিষ্ঠিব মহাভাবতগী মহাকাব্যদা*
*'ধর্মবাজ' হাযনা মিংথোন ফংখিদ্রা ?*
*ধর্মবাজ যুধিষ্ঠিবনা তুমিন লৈখিবা*
*দ্রৌপদী ফিজোন লৌথোকপ দা*
*কনাগী যাথংনো ? কনাগী থৌইনশিন্নো ?*
*দু শাসননা মাগী মতিং উৎখিবা।''*

(২) মখাদা পাযখৎচবিবা কবি কোম্ব্রৌজম কাংলনজাউ। কবি কালেনজাউস্ কবি সৌগাইজম ব্রজেশ্বরগুম্ন সাম্যবাদকী নত্রগা প্রগতিবাদী কবি অমনি। লাযববা থৌমী মীযামগী কবিনি। কবি কালেনজাউস্ সিম্বোল শিজিন্নৈ মহাক্কী শৈবেংদী। মহাক্কী শৈবেং ''অতিযাদা মুশুম মুবা চাকথোং চফু পাইবে'' — দা মুশুক মুবা চাকথোং চফু অসি গণতন্ত্র লৈবাক্তা বাজনীতিগী ওইনা নীংতম্লে হাযনা দাবী তৌজববসু লাযববা থৌমী মীযামগী ওইনদি নৈহৎ তুহৎপীবা, চাকথুং-ফিথুংবিদবগী অপূমনা অমগী মখাদা লৈবি হাযবগী সিম্বোলনি।

*' মমান মচাগী অবাম্বা কোকহনবা ঙমদ্রবদা*
*পাম্বে লৈবকত্রদুনা চৈশাং অমা পাযবগা*
*অমুবা মুশুম মুবা চাকথোং চফুদো*
*চৈশাংদুগী মতোন্দা থম্লদুনা*
*অতিযাদা ৱাংনা থাঙ্গৎলকই।*
*ক্রোক ক্রোক নীক্রককই।*
*অদুগা হৌনা হৌনা লাউবকই*
*''নীংতম্বা নুমিৎনি ঙসিদি।''*

(৩) মথংদা, কবি খোকচোম বিশ্বনাথকী অহানবা শৈবেং লাইবিক '' নোং নুংশিৎকী হুমদোক্রবা থাবলগী'' পাকবগা মহাকপু বিযেলিষ্ট অমা ওইনা উই। কবি মশানা ইবি বাহৌদোক্তা ''বিযেলিষ্টিকী মাইকৈদা লেপ্লগা ইনিংবদো হেক ইব অনৌবা যুগসিগী মীৎযেংদুনি ঐনা পামজবদু। বিযেলিষ্টিক্কী খমথেংবা ৱাখলদা শৈথাদুনা ইবা নহাবোল অশৈবশিংগী গদক গদক চোংবা খোর্জ্জেদগী — কবেম্লবগী নুংনাংবগী লাংতাক্লবগী শাওনিংবদগী হাযাহদবা হাযদোকখিবা অনৌবা সাহিত্যগী জগৎতা অনৌবা মীৎযেং অমা শাফু কন্না চঙশিল্লকই। পুন্সিগী কৈথেলসি মীনম্বনি। শেলগীনি। লাইথুং পক্লবা মীনি। অসুন্না ফিভম যাওদবা মওং লৈতবা নীংবা কাযবগী নুংশাম্বব থবেৎ থবেৎ হোল্লবা মুর্ত্তিসিদগী সুব নাইদবা ছন্দ চাদবা শৈবেং কযা থোকলকই অকম্বা চেলেঞ্জ অমমমগা লোযননা''। অদুবু কবিগী অহুমশুবা লাইবিক ''ওক্তবী অমসুং সাবোন''পাকবগদি কবি

অসিবু সিম্বোলিস্ট অমা ওইনসু উবা ফংই। লাইবিক অসিগী মিংথোল ওইবিবা শৈবেং "ওক্তবী অমসুং সাবোন" অসিমক সিম্বোলিক শৈবেংনি । শৈবেং অসিদা কবপসন অমদি লৈঙাকচৈ পাযবিবশিংগী শেঙ্গা-থুমজাগী অমোৎপা হৈনবী অসিবু "ওক্তবী " গী সিম্বোলদা উৎলি। অমোৎপা হৈনবী অসিবু পাংথোকপদা মতেং ওইহল্লিবা শেলবুন 'সাবোন' ওইনা উৎলি। লৈবাক্কী মপৃ ওইবিবা শক্তি পাযবা অঙম-অথৌশিংবুনা 'মতমগী মযায কাবগী লাই' অমসুং "লাইগী মচাশিং" ওইনা উৎলি। কৃত্তিক অমগী লোন্দদা হাযববদা - " সিম্বোলিক ওইবা মওংদা অপাবগী নুং শোক্লা নাহন্দুনা পীবিবা অখাবা মহাওনা হকচাংগী সেন্স ওবগানশিংবু মিকপ থোকহল্লি। নুং পুম্ববা নত্রগা হামচৎনববা সমাজ অমদি লৈঙাকলোনগী চুমশো পাযবিবা মীওইশিংন্না পুন্সিগী মমলবু মোবেলিটিগী মাযোক্তা কুবাংবান ওইনতা লৌবকই —— মীচমশিংগী পুন্সিবু এক্সপ্লোইট তৌবিবা যাইতোং খমদোংবশিং ফম পাইবশিং উকুবদা শৈথাবকই — "যাইফবা নুমিৎ পুম্ব লামদুনা শেৎচিল্লি মশাগী অন্দাবরাযাব ওইনা মখোযনা লাইগী মচা ওন্দুনা"

অতোপ্পা শৈবেং "মকুমঙগী অহিং বেকোবডিং" হাযবসিদা যেকলিবা 'মকুমঙ' অসি হৌজিক্কী মীওইবগী নুংনাংব তুজুংবনা থল্লবা অচুম্বা মাংথ্রব পুন্সি মবেল অদুবু সিম্বোল ওইন যেকপনি।

*"অচুম্বনা নাহেবকই*
*খোঙদৈ ব্রশ মথক্তা ঃ উপ্না তাবে উপ্না চিং*
*লোংনা তাবে লোংনা চিং*
*ঈঙাং পাকতক্লা*
*ঈমু পামহেন্না*
*তেংথাজৈ অহিং নোংশোযবা ।*
*থম্না ওইনা তাউবা কংলাগী মবাইবক*
*ফত্রবা অবানবা লৌনম নমথাক্লা লৈ ওইনা শাযোল্লদুনা*
*শাৎহৌই অযুক্কী নুংশাদা" ।*
*মোবেলিটিগী লৈখা তাবব ফীবম যেকই কবিনা ঃ*
*"শান্নৈ ঋতুপুম্ব থরান থা ওইন*
*মনতীক্নৈ ঃ লাইগী ফীজোন শেৎতুন ।*
*মখোযন শীজিন্নব অমন্ব নুপীশিং*
*তাদুনা লৈ খাগোক কোক্ন*
*লৈনা ফুইনা শাৎপা খোৎল্লবা মচুগী*
*অলোম্বা মোনপাক ফীদক মথক্তা ।"*
*মীওইবগী হকপু খোঙ গাওনদুনা কবিনা থাবি ঃ*

*"থংনবা মীকুপ্তা শাইবেন খোঙলকই*
*শন্ত্রীশিংনা কোযথি থিবকই ঃ মীনম নমই*
*মীনম নমইদা*
*শ্বাই শ্বাই ঃ ঐ কিজবনা কপই থনুংদা*
*ইপা পাখৎলবা মীহুনপুম্বা তুম্পক তাশিন্দুনা*
*"লোৎলিবা থৱাইগী লাইবক্তা*
*নোংমৈ নমদুনা ফাবমই ঐবু । মখোযনা*
*হকচাংগী ফীজোল কোগোক কোকনা লৌথোকখি*
*কীজবনা থক থক নীক্লা ঐনা হাযজে লৈমাবগী মফমদা*
*কোক নোন্দুনা ঃ ঐবু ঙাকপীযু ঐবু কনবীযু*
*ঐবু লোযব লৈমাবা ননাইবু লোযবা লাইনিংথৌ"।*

মকুমঙ অসি মঙ নত্তে তাইবংনি হাযব তাকই। মঙনি হাযন শৈথাবিবসিমক সিম্বোল শিজিন্নবনি।

(৪) কবি যুম্নাম ইলাবত্তগী শৈরেং "অফোৎপা জিন খোঙগ্রাও ' (নুংশিৎ শিৎলি উনা লেঙলি ল ২০) দা মতম অসিগী কন্নবা meterial culture দা তাওথদুনা অচুম্বা অবেপ্পা পান্দম অমা যাওদনা কবিসু হাযজনিঙাই লৈতনা নানখোকপা ঙমদনা চৎথবকপা অর্থ যাওবকত্রবা মীওইবগী পুসি মহিঙগী সিম্বোলনি। "মশল" শৈরেংদা (নু শি উ লে – লমায ৯) দা গণতন্ত্রগী লৈবাক্তা কাঙলুপ নাইনব তোখায তানবগী শক্তিশিংবু 'মশল' না সিম্বোল ওইনা উৎলি। শক্তিশিং অসিনা ভারতবর্ষগী গণতন্ত্রদা অমত্তা ওইবগী ৱাখল্লোন শাগৎলকপদা অচৌবা শিংনবা অমা ওইহল্লি।

"ঐখোযগীগা ঐগীগা মপুম থীৎনা নম্নবম্মী ফোইনবম্মী খোৎতৎনবম্মী। ——— মীনসু হাযবমই, জাতীযতাবাদতা যেংঙকউ । পুম্নমকসিবু খানা যেংলগা ট্রেন ড্রাইভর অদুনা নমহৎলকই, ঐগী মশলসিদা যেংঙকউ ।"

(৫) কবি হাওবংবম পবিমলগী শৈরেং "অমমবা কা ' দা (উৎকী মঁপ ল ৪৪) তাইবংপান অসিবু অমমবা কা ওইনা পান্দমনবি — কৱাপসন, শেংদব থম্মোয, চিনথিব, অবান্ব ৱাযেল, মশেল থাজনদব অসিনচিংবন থল্লব। 'অবংবা থৱাযশিং' ন অচুম্ব ঙাংব অবান্বগী মাযোক্তা ঈহৌ শাগৎখিব মীওইশিং নত্রগা লৈবাক খুন্নাইগী চাউখৎ থৌদাং যাবম্বা মীথোই মীহেনশিং মহাত্মা গান্ধী, কবি চাউব, জি সি তোংব্রা, ইকুংবম্ চন্দ্রসিংহনচিংব মীওইশিংগী সিম্বোলনি। অশোন্ববু ওৎ-নৈবা, কবপসন্ চেনবা বাজনীতিৱালাশিংগী সিম্বোলদি "দাইখোপ"না ওইবি।

*'দাইখোপনা লীন চাবগী নিযম*
*লীন্ন মশা কন্নবগী নিযম।*

*নিলখোংবসি অসুম অসুম হেনজিল্লকই*
*অমমবা কাদুসু অসুম পিকশিল্লকই*
*নিযমশিংদু অসুম কনখৎলকই*
*মিৎযেংগী জগৎসি অসুম অসুম পিকশিল্লকই*
*অবংবা থৱাইশিংসু অমুক লাকখিদ্রে*
*অমমবা কাসি কাউবে অমমবা কানি হাযবা"।*

(৬) কবি দিলিপ মযেংবমগী শৈরেং "মোংফমগী ইতিহাস' (ফিবাল অমসুং উফুল লা ১২) তা লমদম অসিগী মীওইবগী ৱাকৎশিং, বাজনীতিগী ওইব পেন্দবগী খোল্লাও, লোইলম শাসনগী নৈহৎ তুহৎপিবগী মাযোক্তা ইহৌ শাগৎপা অচুম্বা নিংতম্বা অমদি মীওইবগী হক মপুং ফানা ফংজবগী আশা পুম্নমক অসি লৈঙাক শক্তি পাযবশিংনা পাঙ্গল শিজিন্নদুনা অবেম্বা তাহনবিদুনা লাকপদুবু মোংফমগী ইতিহাসকী সিম্বোলদা পুথোকলি।

*"লোক্তাক্কী ঙান হেন্ন মমল তাঙলব*
*থৱাইশিংবু শান্নহল্লি মোংফমগী লীলা*
*লৈবোল অমগী মথক্ত অতোপ্‌প লৈবোল*
*অসুম অসুম ননশিনখি মখাদ সিবব নিংতমবন"।*

(৭) কবি যুম্নাম নযনগী "চাবান চাবান" শৈবেংদা হিংনবগী লানফমদা উপায লৈত্রদুনা মশান পামজদ্রবসু নমদুন শেনজা-থুমজাগী অমোৎপদ শরুক যারুব তাবদুবু লাইদা চাবান থাবগী সিম্বোলদা উৎলি।

"হিংনিংবগী লৈনানা লাইশক খঙদ্রবা মতমসিদা লৈবাক খুন্নাইগী হৌন লোনচৎনা লৈখা তাববা তাঞ্জাশিদা মাইব শাব যাবি হীদাক চাবান কান্নবি থৌবম খুদিংদা চাবান থাসি চাবান"।

(৮) কবি লাইতোনজম নীলমনিগী শৈবেং "খোম্থাং হন্না যৈবকপদা"। (নঙ লৈ ওইযু লা ৬) দা আসাম অমদি অৱাং নোংপোক ভাবতকী ওইবা মীতোপ চংলকপদ (Foreigner issue) গা মবী লৈনবা প্রোব্লেমবু সিম্বোলদা উৎলি। উনানা মীতোপকী সিম্বোল অদুগা উফুলনা লমদমসিগী মীওইশিংগী সিম্বোলনি।

*"উনাগা উফুলগা তিন্নবকপদা মৈবিক চোঙলকই*

*মৈবিক্তগী মৈজাওবী হৌবগা লম্মৈগুম চাকলকখি*

*অৱা কোকথোঙনবদগী থম্মোয পুঙমদ্রবী পুখি*

*মবায় নুকথ খাঙলগা খল্লকখি তুমিন্ন অতিয়া*
*উবকখি লমসিগী মাযথোঙ নোংথাঙ কুপলকপদা*
*পুমনিল নিল্লকখি খোম্থাং হন্না মৈবকপদা"।*

(৯) কবি কোন্সম তোনুগোপালগী শৈবেং — "হঙোই মবাং হৌবে ' দা (নঙগী মাঙখ্রবা মমিগী দমক ল ৩৮) মীবেপ খন্বগী বাজনীতিগী ইবাঙদা মীযামগী দমক্তনি লাউবিবা মীবেপসিংনসু বাজনীতিগী মোৎলবা নাবৈ তুবৈ, শীজিন্নদুনা ভোট ফংনবত লাক্লব মীযামগী চাউখৎ থৌবাংগী মিৎযেংদি তুংওইনা থম্বদুবু "হঙোই নেতা" গী সিম্বোলদা উৎলি । ইলেক্সনগী মতমদা পার্টি পার্টিগী ওইবা মা মাগী মীহুৎনা কাননব কোযচেন চেন্বগী প্রোপোগণ্ডা শান্নব অদুবু কবিন থাবি ঃ

*"ইকুম থাগী ঙোং ঙাং*
*মকুম থা যৌবে*
*হঙোই মবাঙ হৌবে"।*

(১০) কবি সনামচাগী "কবম্ব মচুগী ফীজোন্দা" হাযব শৈবেংদা মালেমগী চাওখৎলবা জাতিশিংগী খোঙজেন্দা চেম্মিন্ননব লাক্লবিব মৈতৈ জাতিন পোলোইদা কবম্বা ফীভমদা কবম্বা মওংদা মশাগী মশক তাকচবা ঙমগদগে হাযবদু সিম্বোলদা কবিনা হংলি। মৈতৈবোল ঙসি ভাবত সংবিধানগী ৮শুবা তাঙকক্তা চল্লে মনিপুবী জগোই মালেমদা ফাওবি, মনিপুবী শান্নবোইশিং মালেমশিন্ব থুংনা ফাওববা ব্রেটলিপ্ট ব কুমাবী নামৈবাকপম কুঞ্জবানীনচিংব থোবকলি, মনিপুবগী মশান্ন শগোল কাংজৈ মালেম্না শক খঙনবকই । মৈতৈগী পেনা মৈতৈগী ইরোম্না মালেমগী অতৈ মীওইশিংনা ফংদ্রবা মচলশিংনি । থৌনাফবদা মৈতৈ নোংশা বীব টিকেন্দ্রজিৎ মালেমগী ইতিহাসনা ঙসিসু শৈথাবি। অদুবু অমবোমদা বাজনীতিগী ওইবা মশাগী চাকথুং মপুং ফানা ফংজদ্রিবা, যাওল্লোই — কাহেন্বশিংগী সমস্যা লৈবিবা কম্যুনেলগী ওইব উংখৎনবা থোকলিবা কযা মৈতৈগী অশেংব লাইফম ওইবিব মনিপুবদা লৈবকইবা কযা অসিনা মনিপুবী জাতি চাওখৎপগী খোঙজেলদা পোলোইদা 'কবম্বা মচুগী ফীজোল' দা লাক্কদগে হাযবদু কবিনা হংলি।

(১১) ঙাকপিগনি ঐহাক ইশাগী শৈবেং — "উ লৈব লমদ কেগেন যুম্বী ওই" (হিংবগী লানফমদা হিংহৈদ্র মবক্তা, ল ২৭) multimeaning চেন্ব সিম্বোলিক কবিতানি। 'উ' ন লমদম অসিগী ইবৈবাকসিং নত্রগা আইননা যাব মতিক চাব মীওই কনাগুম্বগী সিম্বোলনি। 'কেগে' ন মীতোপ নত্রগা আইনগী মীৎযেংদ মতীক চাদব মীওই কনাগুম্বগী খুদমনি। মৈতৈ মশেল খৎনবিঙৈদ মৈতৈগী ফংফম থোকপদু মৈতৈ নত্তবনা লৌখিবগী পান্দম ওইনসু লৌব যাই। ভাবতকী ইতিহাসতা মমাঙৈদা তোঙান তোঙাম্বা নিংথৌ লৈবাকশিংন অমগ অমগ

যেংথিনবিঙৈদা সুলতান মাহম্মুদনা ভাবতকী মপান্দগী লাক্কুনা তবাতবেৎলক ভাবত্তা লান্দাবম্বা অদুবু নত্রগা ভাবতকী নিংখৌ লৈবাকশিংনা অমগ অমগ চায়নবিঙৈদা বৃটিশনা ভাবতপু লোকখিদুনা চহি ২০০ বোম মখা পোলহন্দুনা পাল্লম্বদুনি হায়না লৌবসু যাই। শৈবেং অসিগী ব্বাবোল মালেমগী মফম মফমদা বাজনীতি অর্থনীতি নত্রগা সংস্কৃতিগী ওইব Colonialistic influence পুন্নমক্কী ইপান পানশিন্না যাবা transcendental truth ওইন লৌব যাই।

অদুগা "কাকফৈ নঙগী লীলাসে" হাযব শেবেংদা কাকফৈ অসি অকন্ব লৈবাকশিংনা অশোন্ব লৈবাকশিংদা Post-cold war গী মতম অসিদা শেল-থুমগী ওইব অথিংব, ললোন ইতিক্কী ওইব অথিংব, Spying নচিংব টেকনিক কযা শিজিন্নদুনা ঈ চুপ্পগী থৌওংগী সিম্বোলনি।

(১২) কবি ওক্রম মীনা দেবীগী শৈবেং "যুমদোকমপোক্তা" যেকলিবা 'যুমদোমক পোক' অসি মৈতৈ জাতি অসিগী সিম্বোলনি হায়নিংই। বাজনীতিগী মিহুৎ ফজনা লৈত্রিবা, অর্থনীতিদা শোন্থনা লৈবিবা সমাজনীতিদা ইমালোন ফাওবা অতোপ্পা কাঙলূপ বীর্ষ্যপ্রিয়ানা মুনখিবগী মতাং যৌনা শীংনবা নংলব, সমস্যা কযা মাযোক্লবিবা মৈতৈ খুন্নাইবু কবিনা যেকলি ঃ

*"নৈহৎপসু লেপত্রি নোংলৈনা লৈবাং চবোংবু।*
*আশাগী থাবাগী দমক্তনি হে মহৌশা নঙনা*
*খোঞ্জেল লিশিং থোকলিবা, পেন্দবগী খোল্লাউ*
*পুদুনা চিপক চিপক নৈহৎচ অসুম্না*

*খোঞ্জেলতনা তাহৎপিবে শিংকুপ শানা*
*যুমদোমপোকসে নৈহৎলি"।*

(১৩) কবি আব কে আই গী "পোলোইদা" হাযবা শৈরেংদা শেঙ্গা-থুমজা অওৎ-অনৈ অমদি 'অকনবনা জযনি' গী শক্তম লৌববা লমচৎতা মোৎলবা অখুব পার্টি পোলিটিক্সকী শান্নপোৎ ওইবিবা শক্তি পাযবিব লুচিংবশিংবু "ঈ-থকপ", "যৌনা ফব" হাযব সিম্বোলগী মিংথোলশিং পীদুনা কবেম্নবি ঃ

***"পুক থন্ন ঈ থকচিন্নগা***
***নঙনা শকলি যৌনা ফব***
***অদুবু নঙগী নাপল***
***কবিদি কান্নে ——***
***শুপ্পগী মাংহঞ্জবা নত্তনা***
***নশানা নশাবু "।***

"মতমগী লাং" হাযব শেবেংদা (ঈবৌলাংবী, ল ৪৫) পুকচেল শেংনা নুংশিবদা খোংদামিন্নবা শাবি-শানৌ অনিগী নুংশি পন্থুংবু "ধ্রুবতাবা" ওইনা অদুগা পুকচেল শেংদবা শাবি-শানৌ কনাগুম্বা কনাগুম্বীগী চিন্দ-অম নুংদ-অমগী তাৎ-তৌশিন্নবা অদুগী অবোযবা পন্থুংবু "শকগী চীং" ওইনা উৎলি।

(১৪) কবি বীবেন লাইশ্রমগী শৈরেং "ঙাইজবনি থাদোইনা লোই কাবকপা" দা (ঙাইজবনি থাদোইনা লোই কাবকপা ল ২৪) খম্ব থোইবীন মৈতৈগী অবাংবা সংস্কৃতিগী সিম্বোলনি। অদুঙৈ বীব টিকেন্দ্রজিৎ হাক্তক্তা মশীং লীকখ্রবা মৈতৈ লান্মীশিংবু নমথনবা মালেম ফাওববা তৌবা ঙম্বা বৃটিশনা মাযগৈ অহুমদগী (ব্রহ্মা, কোহিমা অমসুং কাছাড়দগী) অমুক্তদা চাওববা তেংগোল অহুম থাজিল্লকখিবদু মৈতৈ জাতিগী মথৌনা মবিংজেলদা 'মালেম মপু শকলবা বৃটিশনফাও মীপাইখিবদু তশেংনা খঙবা ঙমই। অবিব মৈতৈগী ইতিহাস অবিব মৈতৈগী সাহিত্য, মৈতৈগী সংস্কৃতি তশেংনমক মৈতৈ মচা খুদিংমক্কী চাউখোকচনিংঙাইনি। অসিগুম্বা মৈতৈগী মাযপাক্লবা হাক্তকসিং অসিগী সিম্বোলদি খম্বা অমসুং থাদোইনি। অদুব্ কদায ঙসিদি 'থাদোই' লোইকুমখ্রে, লোইকাবকত্রি। থাদোইনা লোই কাবকপা ঙাইব তাবি। রাজনীতিদা, অর্থনীতিদা, সমাজনীতিদা নৈহৎপীববা, মশাগী চাকথুং মতীক চানা ফংজদ্রবা, মীবাইবিববা জাতি হাযবদু ওইববে মৈতৈ। লৈঙাক শাসন পাযবশিংনা মৈতৈগী সমস্যাশিং অসিবু পুকচেলশেংনা তাইশিনবিবগী মহুৎতা ওন্ন তৈননা তেমশিংনবা কযা পুবকলি।Armed forces Special Power Act নচিংব মীওইবগী হক অমদি হিংবগী হক মাংহন্নিংঙাই ওইবব ভারত সংবিধানগী Fundamental Rights পু শীংনবা আইন কযা মীচম প্রজাশিংগী পুন্সিদা মীপাইব থুকৎপ তৎতনা পোকহল্লি । যাওল্লোই খোবকপা, কা-হেন্ব নহাবোলশিং খোবকপা অমদি রাজনীতিগী ওইবা পেন্দবগী খোল্লাউ কযানা মাযগৈ খুদিং নিল্লকলি। অসিগী মবক্তা অমুক ঐ খোযগী মবক্তা লীংজেল মান্নদবা, মশেল চাযনবা, শেঞ্জা-থুমজাগী অমোৎপা লৈবা, মীযেং শান্দবা, নহাবোলশিংদা নিশা Drug abuse কী সমস্যা লৈবা অসিনচিংব লাইনা কযামকুম্না মৈতৈ জাতি নাহেবি। খুন্নাইগী ষাইফ পুংফম ঙাইজবিবা মীচম প্রজা অমদদি পুন্সিসে "লৈগী ফমুং" দি ওইবা যাদ্রি। কবিনা শৈথাবি ঃ

*"কদাযদনো ঐবু পুবিবকলিবসি ইমা*
*মফমসিদা নোঙ তাদে লৈ শাৎতে*
*থোকতে অযুক্কী ঙাড্রানবা কোরৌ*
*পাইদে অহাঙবা অতিয়াদা খুনু শঙ্গু*

*অদুম লেপ্তনা চৎলি তিংখং মবকসিদা"।*

অদুবু কবিগী থম্মোইদা থাজবদি মাঙদ্রি। পুকচেল শেংনবু ইমা মৈতৈ জাতিগী যাইফবা তানজবিবা মীওই অমদা নীংজবা লেমন মাঙলোই, তাঞ্জব অবেম্ব তাবোই,

*"লাকলবনিনা ঙাইবগে থেংলবসু থেংনা*
*খম্বগী তৌদ্রি মখোলদা*
*থাদোইনা লোই কাবকপা"*

কবিগা লোযননা ঐসু হাযজনীংই — "লোই কাবকলোগবা থাদোই"। আসামগী মনিপুবী খুদিংমক্লা খৌনিজসি — "লোই কাবকলোগবা থাদোই"।

(১৫) কবি পুখ্রম্বম নোনীগী শৈবেং 'ফিজংগী মকুমদ' হাযবসিদা "নিঙমদ্রবা খোঞ্জেল অম", "অকাযব খুজিগী মখোল", "চেখাও পীশিনখিবা লোন্না" হাযব ৱাহৈ-ৱাতাশিং অসিনা হিংনবগী লানফমদা মশাগী ঈজৎ ফাওব যোন্দুনা compromise তৌব তাব অদুবু উৎপনি হাযনীংই। "চিংখাযববা থম্মোয" হাযব শেবেংদ কবিনা যেকলি ঃ

*"ঐসু হিংজগে — ঐগী নিংতম্বা পীবিযু'*
*মীওইবগী হক তানবগী লমজেলদ,*
*ৱাখল মকা লাম্ব ফংননব —*
*বাৰুদনা চাকথেকলব পুন্সিন*
*শংবানববা অতিযাগী —*
*মথানুংদ লোৎচনিংখি"।*

হিংনবগী লানফমদা মীওইবগী নুঙগী ওইবা struggle অদুবু কবিনা সিম্বোলদা পুথোকপনি।

(১৬) কবি লাইশ্রম মুসিদ্রগী শেবেং লাইবিক "অপোমবা লৈ" দা "গ্লাস" হাযব শৈবেং চাওখৎলে খঞ্জবা মতম অসিগী মীওইবগী অশোনবা মাযগৈ অদু উৎপনি।অমবোমদদি লাইবিক হৈবে, শেল পাযবে, সবকাবগী অচৌবা ফম পাযবে হাযবগসু নিশাগী লীপুন্দা মাযথিদুনা লমচৎতা লৈখা তাবকপা অদু সিম্বোলনা উৎপনি ঃ

*"লংত্রিক লংবা অঙাংবা মচুগী ঈশিং*
*ফজৈ।*
*অদুবু যান্না লুবিবদি —*
*অঙাংবা মচুগী ঈশিং অদুদগী*
*অশংবা মচু*
*অমুবা মচু*
*মচুগী মচু ঙাক্তা*

*নুপীগী নুপী ঙাক্তা*
*গ্নাসকী মনুঙদা —*
*জগোই শাবকখিবদুনি"।*

(১৭) কবি আই এস থিঙগোমগী "লিক্লাং" হাযব শৈরেং লাইবিক্তা "মংলান অমা" হাযব শৈরেং সিমদি তশেংনা অপাবশিংগী থম্মোয শোকহল্লি। মীশিং লিকপশিংবু মীশিংযাম্বনা নৈহৎপীব (exploitation), শেন-থুমগী ললোন-ইতিক্কী ওইব লোইলম শাজৎ চৎপীব, মদুদগী লাকপদা শাবমচৎকী থৌদৌ ক্যানা পুবকপা যেংবদা মীৎ নাবা থম্মোই কাযবা পোকহন্বা মতৌ কবিনা যেকলি। 'মঙলান অম' নি হাযব কবিন হাযবিবসিনা মসি সিম্বোলনি। নৎত্রবদি বিযেলিষ্টিক ওইবমগদবনি।

(১৮) কবি ক্ষেত্রি শান্ত কুমাবগী "লৈই অমসুং সনাগী শজি" হাযবা শৈরেং লাইবিক্তা যাওবিবা শৈরেংশিং "শিংলীদা তৌবকপা টেলিফোন", "ইবাকনবা", ' নোক্কনবিদো", "লৈই অমসুং সানাগী শজি", "ইম্ফাল" — শিংথানিংঙাই ওইবা সিম্বোল শিজিন্নবা শৈরেংনি হাযনিংই। অদুবু কবি অসিগী মপূং ওইবা মীৎযেং, অমদি কদায ফাওবা Consistant ওইনবা, শৈরেং ইবকখিগদগে হাযবদুদি মতম খবগা যেংখিবা তাবি।

## আসামগী কবিশিং অমসুং মখোযগী কাব্যশিংগী মিংজনপবেং

(১) লাইনীংহল নাওবিযা ফুলো — "থাইন-নোংইন" (১৯৩৬)।
(২) শগোলশেম ধবল — "শনবীক মচু"।
(৩) খৈরুদ্দিন চৌধুবী — "মীনোক পীবাংগী মীকুপ অমদং (১৯৭৬) (শুপ্ন শৈরেং লাইবিক ৫ খক)।
(৪) সৌগাইজম ব্রজেশ্বব — অশংব ঈথক (১৯৭১), হঙোই খোংবদসু লিঙ্গ হোংবদসু - শুপ্ন লাইবিক ৬ খক।
(৫) হাওবোংবম পবিমল — উৎকী মপৈ (১৯৭৮) মাগী মৈচাক (১৯৮৩)।
(৬) কোন্থৌজম কালেনজাউ — অতিযাদ মুবা চাকথোং চফু পাইব্রে (১৯৮৫)।
(৭) ঙাবিযাম্বম নবদ্বীপ সিংহ — "কাব্যকুঞ্জ" (১৯৮৮)।
(৮) নাওবোযবম ধনঞ্জয — "মল্ল মল্ল লৈনুংশি" (১৯৮৮)।
(৯) চকপ্রম মোহন — "ইমা পোক্লফম লমদম সনা লৈবাক লমনুংশি" (১৯৮১)।
(১০) আব কে নবেন্দ্রজিৎ — "অহিংবশিংগী মবক্তসু" (১৯৮৭)।

(১১) যুম্নাম ইলাবন্ত — "মীনাই অমা ফংবদা হবাওনবা লমনি" (১৯৮৩।
(১২) খোকচোম বিশ্বনাথ — "নোং নুংশিংকী হুমদোক্লবা থাবলগী" (১৯৮৪) "ওক্রবী অমসুং সাবোন" (১৯৯৬), গুপ্ন লাইবিক ৩।
(১৩) কোন্সম তোনুগোপাল — "নঙগী মাঙখ্রবা মমিগীদমক" (১৯৮৯)।
(১৪) আব কে আই — "ঈথৌ লাংবী" (১৯৮৮)।
(১৫) যুম্নাম নযন — "ঈবাওখোল"।
(১৬) দিলিপ মযেংবম — "ফিবাল অমসুং উফুল" (১৯৯৫) অমসুং "পৃথিবী নঙগী নবাযবক" (১৯৯১)
(১৭) লাইতোনজম নীলমনি — "নঙ লৈ ওইযু" (১৯৯৪) গুপ্ন লাইবিক ৩।
(১৮) সনামচা — "নোংজুথাগী নোংমা" (১৯৯৪) গুপ্ন লাইবিক ৫ খক।
(১৯) ওক্রম মীনা দেবী — "খাঙপোকশঙসিদা অমসুং অতৈ শৈবেংশিং" (১৯৯৩), "সন্ধ্যা থাউমৈগী মৈবী" (১৯৯৬)।
(২০) ক্ষেত্রিমযুম নোবিন — "মঙাল অমা থিবদা" (১৯৯৫) "হিংবৈ লানফমদ হিংহৈদ্রে মবক্ত" (১৯৯৬)।
(২১) আব্দুস সহীদ চৌধূবী — "কুনশুব শতাব্দী" অমসুং "সনামচুগী অযুক" (১৯৯২)।
(২২) লুক্রাম বিনোদ বিহাবী সিংহ — "ঐবু হিংহল্লু" (১৯৯২)।
(২৩) ওইনাম নীলকণ্ঠ — "কোলোয মিংদি তাঙ্খানি" (১৯৯৪) গুপ্ন শৈবেং লাইবিক ২ খক।
(২৪) লৌখাম আতোল — "বাখলগী ঈথক ঈপোম" (১৯৯২)।
(২৫) টি নিমাইচান্দ — "মঙালগী মনমদা" (১৯৯৫)।
(২৬) বাংখৈমযুম বীবচন্দ্র — "পুন্সি শৈদম"।
(২৭) ফুবিংশোবম বীবমনি — "সম্নখিদ্রবা"।
(২৮) বাংখৈমযুম লোকেশ্বব — "মচু মচুগী তাইবং"।
(২৯) বীরেন লাইশ্রম — "ডাইজবনি থাদোইনা লোই কাবকপা" (১৯৯৫)
(৩০) ক্ষেত্রিমযুম শান্তকুমাব — "লৈই অমসুং সনাগী শক্তি" (১৯৯৬)
(৩১) আই এস থিংগোম — "লীক্লা" (১৯৯৬)
(৩২) লাইশ্রম মুণিন্দ্র — "অপোম্বা লৈ" (১৯৯৬)

(৩৩) পুখ্রম্বম নোনী — ''ফিজঙগী মকুমদা' (১৯৯৬)
(৩৪) হাওবম গৌবহবি — ''কবিতা নোংথাং'' (১৯৯৬) ''মিলন কবিতা'' (১৯৯৭)
(৩৫) বীবেন সনা — ''অথেংবা অহীং অমদা'' (১৯৯৭)

শৈবেং লাইবক্তি পুথোকখিদ্রিব অদুবু শীংথানিঙাই ওইববা শৈবেং ইদুনা শৈবেংগী খোমজিনবা লাইবিক্তা নত্রগা চেফোঙশিংদা ফোঙখ্রব তুংগী আশা চাউনা লৈবব আসামগী কবি খব ঃ

(১) কৈশাম পূর্ণেন্দু —
(২) ইবুংঙামচা লাইবেল্লাৎপম —
(৩) থোকচোম নিমা —
(৪) নাওবেম বিদ্যাসাগব —
(৫) এল নন্দকুমাব —
(৬) যুম্নাম কালা —
(৭) হৈস্নাম লক্ষীবাবু —
(৮) লৌখাম মঙ্গী —
(৯) জহিব উদ্দিন —
(১০) কাংঙবম শান্তিকুমাব —
(১১) এস তাহেব আলী —
অসিনচিংবা।

[ দি মনি পুবী লিটাবেবী ফোবাম, আসামগী ওইবা কবইকান্দি পাব্লিক হাইস্কুলদা নভেম্বব তাং ২৪, ১৯৯৭ ইংদা পাঙথোকখিবা মীফমলেন্দা পাথোকখ্রবা, (২) মনিপুবী সাহিত্য পবিষদ, আসামগী ৩৭ শুবা মীফমলেন, বামনগব টুকোদা দিসেম্বব তাং ২৭, ১৯৯৭ দা পাঙথোকখিবা অদুদা পাথোকখ্রবা, (৩) পাম্থা (জুলাই, ১৯৯৮), দি মনিপুবী লিটাবেবী ফোবাম, আসামগী চেফোঙদা ফোঙখ্রবা। ]

***

# বরাক তম্পাক্কী মনিপুরী শৈরেংদা মোদার্নিজমগী মশক

ববাক তম্পাক্কী মনিপুবী শৈবেংগী শৈহৌদি লাইনীংহল নাওবিযা ফুলোগী "থাযন-নোংইন" ১৯৩৬ ইংদা ফোঙবসিনা শৈহৌবগা মতম খবা থেঙথনা শগোলশেম ধবলগী "শনবিক্ মচু" ১৯৬৮ ইংদা ফোঙলকই। মদুদগী মথং মথং শৈবেংগী ঈহৌ ববাক তম্পাক্তা ঙসি ফাওবা চৎথবকখি। ঙসি ফাওবদা কবি নিফুমুক্কী শৈবেং লাইবিক চাওবাক্লা হুমফুবোম লৈবে ববাক তম্পাক্তা। অদুবু শৈবেংগী থাক, শৈবেংগী ট্রেন্দ অমসুং মীৎযেং কবিনো হাযবদুদি নৈনবা হৌনবক্লি। অমবোমদনা মৈতৈ জাতিগী মযোল ওইবিবা মনিপুব লমদমগী শৈবেংশিংগা চাংদম্নবদা ববাক তম্পাক্কী শৈবেংশিং কমদৌই, কবম্বা থাক্তা লৈ? ঐনা হাযনিংবদি মপূং ওইনা যেংবদা খব শোখববসু যাম্না ঙকলিবদি ববাক তম্পাক্কী কবি খবগী পোৎথোক্তি মনিপুবদসু থোকত্রি, যাম্না থোইদোকপা মশক্কী কবিতাশিং ওইবি।

ববাক তম্পাক্কী শৈবেংগী ঈহুল ইং ১৯৩৬ তা লাইনীং লাইশোলনা শৈহৌবগা ইং ১৯৬০ - ৮০ দা বোমান্টিসিজমনা মপূং ওইনা চত্থবকই। অদুদগী ইং ১৯৮০ দগীদি শৈবেংগী মাইওন বিযেলিজম অমসুং মোদার্নিজমদা লাকখি। হৌজিক্তি ইং ১৯৯০ গী পবীংদা পোষ্টমোদার্নিজমদা খোঙদাবে হাযনা লৌনবা ববাক তম্পাক্কী কবি খবসু যাওবে।

বোমান্টিক শৈবেংগী থোৎলবা ৱাহৈ-ৱাতা, ভক্তি-ব্যবহাব, তাল-ছন্দ-মাত্রা কাযদবা, কল্পনাগী ঈথক ঈপোমনা সৈবেংগী থৱায ওইবা, সাবজেক্টিভ ওইবা মীৎযেং (তাম্না, পি থাদোইগী খোঞ্জেলদা মীৎতগী পি শিন্থবনচিংবা), শৈবেং অকক্লবী পবীং ঙাক্লুনা চৎপা, নোংচূপলোমদা ৱার্দসৱার্থ-কোলেবিজনা ইং ১৭৯৮ অদুৱাইদা হৌখিবদু তুংদা সাহিত্যগী ঈহৌ কযানা অহোংবা পুবকখি। ইং ১৮০১ দা বিযেলিজমগী ঈহৌ, মরু ওইনা ইং ১৯১৪ দগী মোদার্নিজমগী ঈহৌ অহানবা পৃথিবীগী লাঞ্জাও অদুদগী সাহিত্যদা লাকখি।

মনিপুবী শৈবেংদা মোদার্নিজম হৌবকপদি কবি এলাংবম নীলকান্তগী 'মনিপুব' শৈরেং ইং ১৯৪৯ দা ফোঙবদগী হৌবকপনি। তৌবতবু মী খবনমুক কবি লাইশ্রম সমবেন্দ্রগী 'সীতা' হাযবা শৈবেং ইং ১৯৫০ দা ফোঙবা অদুনা মোদার্ন মনিপুবী শৈবেংগী লমযানবনি হাযবি। অদুগা অমৱোমদনমুক হিজম ইবাবতকী 'ইমাগী পূজা' শৈৱেং লাইবিক ইং ১৯৮৭ দা ফোঙবা, ইবনা ইং ১৯৪২-৪৩ দা সিলেটকী জেলদা ইখিবা, অদুনা মোদার্ন মনিপুবী শৈৱেংগী লমযানবনি হাযনা দাবী তৌবা যাওবি। কবি বাজকুমাব সুবেন্দ্রজীৎকী ১৯৪৭ দা ফোঙবা 'শাৎনীংবী' শৈবেংনা মোদার্ন মনিপুবী শৈবেংগী লমযানবনি হাযবসু যাওদবা নত্তে।

মোদার্নিজমদা হান্নগী মীবোলশিংগী পুন্সি, সমাজগী মশক, ধর্ম্মদা অচেৎপা থাজবা লৈবম্বা, মোবেলিতিদা কাহেন্না ৱাখল পীবম্বশিং থাদোবকই। সমাজ অমসুং পুন্সিদা থাদোকপা ঙমদ্রবা 'অহাঙবা' অমা উবকই। অনৌবা ছন্দ, ৱাখল, মুদ অমা পীবকই, অকীবা, লাংতক্লবা,

নুংনাংবা, লম্মাংনবকপা, মফম খঙদবা চৈনা, হংবগী লোইবা নাইদবা ফীভম উবা ফংই। পোষ্টমোদার্নিজম অসিনা ·মোদার্নিজমগী মাযোক্তা থোক্লকপা, মরু ওইনা জাপান আমেরিকাগুম্বা লৈবাক্তা ওইবকপা Post industrial Age কী মশক উৎপা Feminism, Post Colonialism গী ৱাখল্লোন চেনবা, Eurocentric ওইবা ৱাখল থাদোকপা (ইউরোপ নত্রগা নোংচুপলোমদগী থোকপা পোথোকতনা অথোযবনি খনবা ৱাখলদু থাদোকপা), লমদম লমদমগী ওইবা থোইদোক হেন্দোকপশিং অদুবু হাযবদি "Regionalism" ওইবা পোথোক থৌগৎপা, হান্নদগী লাইবিক ইদুনা মীযাম্না শকখঙনববা মথোয খবদুনা পুথোবকপা পোথোক্তনা অথোযবা ওইগনি হাযবগী ৱাখল থাদোকপা, Open-ended, Decentralised, Antiform, Acceptance কী ওইবা সাহিত্যগী ঈহৌ মখল অমনি। পোষ্টমোদার্নিজমগী ইবায লাযবা খুদমদি অরুন্ধতি রাযগী "God of small things" হাযবা লাইবিক অদুনি। শৈরেং লাইবিকপুদি নত্রগসু।

হিংদুনা লৈরিবা কবিশিংগী পোথোকশিংদা অহোংবা লাকপা থেংনৈ। কবি শগোলশেম ধবল অহানবদা রোমান্টিক কবি ওইনা উবপ্লবসু মহাক্কী অকোনবগী শৈরেং লাইবিক "ঐ পোকপগী পুঙজাদু" ইং ১৯৯৭ দা ফোঙবা অদুদা কবি অসি মোদার্নিষ্ট কবি অমনি হাযবদু মযেক শেংনা উৎলকই। খুদম ঃ—

*"পৃথিবীসি লন্নাইগী ওইনিংবনা*
*কনা কনাগুম্বা মী খবা*
*অতিযাদা পৈশিল্লম্বা সমুদ্রগী মপৈদু নান্‌গদগী*
*কন্না লাক্লে অদুবু*
*নৈকংলাগী যাক্লবা নুংশিৎতুনা খঙহৌদনা*
*সমুদ্র পূন্নমক ঙাঙশং ঙাঙনা চাকথেকখি*
*মীনা মীবু থাজবক্তে*
*তাইবংমীগী নুংশিবা মযামদু নুঙ ওনখি*
*মপাঙ্গল-মরৌশিং শোনবা মীশিংদু*
*পুল্লপ পুল্লপ পুনশিল্লি অমসুং লাউই*
*লম্বী লমজাউদা চৎপা মীবু তানবা*
*নখোযতা হিংবা যাদে*
*হিংগনি ঐখোযসু অমসুং*
*হিংমিন্নগদবনি"* (সমুদ্রগী মপৈ)

মীওইবগী তৌভম্বা মতৌ, তঙ তাদবা পুন্সি মহীং, লাই-তীনদা থাজবা মাঙলকপা মতৌবু কবিনা যেকই —

*"অতিযাগী ইহাং হাঙলবা কাচিন অমমমদা*
*অমম্বা ঈশৈ মযাম শক্লিবদুনি অচুম্বা পাউখুম*
*ঈশৈ মযামসি তাবদা ৱাশিন্নকই*
*তপ্না তপ্না মিৎ উইশিন্নি*
*তনশিন্নকই*
*তুমথৈ — —*
*— — —*
*তিযাদা নোংযাম কোইপাই পাইবি*
*পোত্থাবা ফংদবা থম্মোয মযামগী ৱাবীদু*
*মখোযসু তাবি*
*— — —*
*পৃথিবীসি থাদোক্তুনা তাইবং মী খবা*
*অতিযাবোমদা পাইখৎলকই*
*— — —*
*নৈবা ঙমদ্রদুনা কোইচেন চেন্দুনা খাঙলিবা*
*লাইদুগী ফমগী ৱানি।"*

(ইবা লোইখিদ্রবা শৈরেং)

ববাক তম্পাক্কী শৈরেংদা মোদার্নিজমগী লমযানবনি হাযনা চাউবাক্না যানববা কবিদি কবি সৌগাইজম ব্রজেশ্বরনি। শৈরেং লাইবিক ৬ খক ফোঙখ্রে। মহাক্কী শৈরেং "ইতিহাসকী অশেঙবা মশক খঙলব্রা?" (ওঁ বিষ্ণু বিষ্ণু, লা ৮) দা মতম অসিগী মীওইবগী রাজনীতি, সমাজ অমসুং অর্থনীতিগী ওইবা অমোৎপা উৎলি, ৱাহং হংল-হংলদুনা অনৌবা অফবা সমাজ অমগী ঈখৌ লাংবা উৎলি, সিম্বোল শীজিন্নে ঃ

*"কদাযদনো ধর্মদো ? কদাযদনো অচুম্বদো ?*
*দ্রৌপদীনা মাগী ফিজোন লৌখোকখিবদা*
*— — —*
*— — —*
*পৃথিবীগী অখোইবা লাঞ্জংবা হৈবা অর্জুন*
*পৃথিবীগী অখোইবা গদাধর ভীমসেন*
*নকুল সহদেব লোযবা নাইদ্রবা দ্রৌপদীগী ফিজোন*
*উবগা দ্রামাগী নাযক কনানো খঙখিদ্রা" ?*

কবি হাওরোংবম পবিমল ইং ১৯৭৮ দা "উৎকী মপে" অমসুং ১৯৮৩ দা "মাগী মৈচাক"

ফোঙলক্লুনা মোদার্নিজমগী মশক মনিপুরী শৈরেংদা চঙখোন্না পুশিল্লকই। স্বার্থগী খুববা পূকচেলনা থল্লবা মতমগী মীওইবগী মশক কবিনা উৎলকই ঃ

*"ঐ হায়বা রাহৈগী শীজিন্ন-পথাপনা*
*হাপলে মৈচাক পৃথি ইমাদা*
*— — —*
*— — —*
*খাম্বী মৈহৌবে মালেম ইমা কুমগী নোং লাক্লবোইদ্রনে,*
*খকখ্রববনে মতমগী মহামন্ত্রগা ইবোযননা?"*

(মাগী মৈচাক, লা ১)

অশেঙবা নুংশিবা মাঙখ্রবা সমাজগী মশক কবিনা যেকলি —

*"মমা-মপা-মচা, মচিন-মনাও, নুপী-নুপা*
*মরূপ মপাংগী মবী,*
*মীওইবগী মবী*
*লোইনা চৎনপথাপ ওইবি কাববাবগী*
*অসুম্না নুংশিবা হায়বদু*
*নুপী নিপাগী অহিংগী ফমুংদা*
*মঙাক্লখি।"*

(কাববাব, লা ৬)

পুন্সিগী অশেঙবা মশক থিবদা কঙাওনববা মশক কবিনা ফোঙলি —

*"রাযেনশঙগী কাদা*
*মীনম্বগী লেক্ল নমথিববা*
*গীতাগী চেমাযনা নোকলি,*
*হায়বগুম তৌই*
*মসিনি পুন্সি।"*

('পোকখাযবা ঙমদ্রবা মৈগী চীং', থম্মোয মীংশেল অমসুং অমম্বা, লা ৫)

অমুকসু লন্নাই সিম্বোল শীজিন্নদুনা মতম অসিগী মীওইবনা মোবেলিতিবু বিলেতিব ওইনা লৌনবকপা, absolute নত্তবা মতৌ অদু উৎলি। হায়বদি ধর্ম্ম-অধর্ম্ম, অচুম-চুমদা হায়বসি অকক্লবা কবিসু লৈতে, মফম, মতম, ফীভমগী মখা পোল্লি হায়বনি। খুদম —

*"অমৃতদা লোযনা চিংনবে*
*হুসি পান্না শীজিন্নবি*
*অপাম্বসিনি শান্তিগী তুংনফম থুংলগা*

*ঐগী অমুবা গোলাপসি*
*শাৎলগা মপুং ফাবা ফাদবা*
*ফজবা ফজদবা লৈকোলসিদা শাৎহনবসিনি।"*
('ৱাখঙবা মীনা পান্নবিবসু মসিনি', থম্মোয় মীংশেল অমসুং অমম্বা, লা ৫৫)

মথংদা ৱাবেংদা ইবা শৈরেংগী লাইবিক ইদুনা মাযপাকনা পুথোকখ্রবা মনিপুরী সাহিত্যগী ওইনা খুৎই অসিগী লমযানবা ওইনা চোংথোবকখিবা কাছাডগী কবি যুম্নাম ইলাবন্ত ইং ১৯৮৩ দা "মীনাই অমা ফংবদা হবাওনবা লমনি" শৈরেং লাইবিক পুথোবকখি। মরু ওইনা কবি অসিগী শৈরেং লাইবিক "নুংশিৎ শিৎলি উনা লেঙলি" হাযবা ইং ১৯৯২ দা ফোঙখিবা অসি ষ্টাইল অমসুং খুৎলাম্ছোক্তা মণিপুরী সাহিত্যদা ইহান হানবনি। ইমেজরী ফজে, ভাব লুহল্লি, অদুবু অর্থ লৌবদা যাম্না ৱানা থোক্তে। শৈরেং অমদা যাওফম থোকপা শুঙ্কৎযাই শৈরেং খুদিংমক্তা যাওই হাযবা যাই। শৈরেং হাযবসি কবিনো তাক্লবা লাক্লবদা কবিগী পাকচাওববা মীৎযেং অমসুং ৱাখল্লোন উৎলি।

> *"শৈরেং ইবমই ঈ মশানা। ঈশিংনসু শৈরেং ইবমই নোংজুথাদা। শৈরেং ইবমই নামিবনসু লৈ মবক্তা বসন্তগী। শাবী-শানৌগী মিৎম্নাদা ঈহৌবিবা পিবাংনা শৈরেং ইবমই। নুংঙাইবগী হুমাং মবীক্তা শৈরেং খোমজিল্লিঙৈদা অৱাবগী টৌটিদগী লৈকংলাগী খুজাইদা হৈথবমই শৈরেং জোবো জোবো।"*

(পিবাংনা ইববা শৈরেং, নু শি উ লে)

মীওইবগী শাজৎ অমা 'অপাম্বা' (অফববা ফত্তববা নৈননিঙাইহনি) অসিবু কবিনা পার্সোনিফাই তৌবগী মওং —

> *"হো অপাম্বা, ইবুংঙো অপাম্বা সিংহবু যুমদা লৈবিববা ?*
> *মীওইবা কৌবা মতু চোম্বা তম্বা অমা লাকচবি।*
> *থোঙজিন্দা নঙগী।"*

(অপাম্বা সিংহ, নু শি উ লে)

সিম্বোল শীজিন্নৈ, অৱাংবা ৱাখল্লোন চেল্লি। হিংবগী মহাও মাঙখ্রবা হৈনিংদ্রবা পুন্সি মহীং কবিনা মাগী শৈরেং "অফোৎপা জিন খোংগ্রাও" দা সিম্বোল ওইনা যেকলি।

কবি অসিগী শৈরেংশিং 'মশল', 'অফোৎপা জিন খোংগ্রাও', 'লমদম ঐগী অৱাবা ঐগী' নচিংবসি ফজববা মোদার্নিজমগী masterpiece ওইবা শৈরেংশিংনি। অদুগা শৈরেং খবা — 'পিবাংনা ইববা শৈরেং', 'অপাম্বা সিংহ', 'চুমথাং', 'খোইখোইদা ইবা চিঠি' নচিংবসি খুৎলাম্ছোক, অৱাংবা ৱাখল্লোন অমসুং ক্রিযেতিব ওইবা মীৎযেংলোমদা যেংলুববদি মোদার্নিজমগী নিংথিজববা শৈরেংশিংনি।

মথংদা, কবি থোকচোম বিশ্বনাথ শৈবেং লাইবিক ৩ ফোঙখ্রে — ইং ১৯৮৪ দা 'নোং নুংশিৎকী হুমদোক্লবা থাবলগী' অমসুং ইং ১৯৯৬ তা অহুমশুবা শৈবেং লাইবিক 'ওক্তবী অমসুং সাবোন' ফোঙই। অহানবগী লাইবিক্তা বিয়েলিজমনা মপুং ওইববসু অকোনবগী লাইবিক্তা খেন্নবা খবা উবা ফংই। 'নোং নুংশিৎকী হুমদোক্লবা থাবলগী' শৈবেংশিংদা সিম্বোল সীজিন্নদুনা, ইমেজবীগী মপান্না মোদার্নিজমগী ফজবা লৈখোলশিং উৎলি। 'পৃথিবী নঙগী নথবাক্তা', 'ইতিহাসকী সনাগী যুগ', 'রাকৎ', 'খুইথববা লৈ', 'তা চাউবা', 'হিংবা অমসুং অতে অতে', 'পাউখোঙ', 'হুগুম তমথিববা নুংশিবগী' নচিংবা শৈবেংশিং বিয়েলিটিদা যুমফম ওইবা মোদার্নিজমগী ফজববা শৈবেংশিংনি। 'ঈ ওববা ঈশৈ' — হাযবা শৈবেং অদুমদি সুববিয়েলিজমগী শৈবেংনি হাযনিংই। 'ওক্তবী অমসুং সাবোন' লাইবিক্তা কবি থোক্চোম বিশ্বনাথ রাহেগী মশীজিন্ন অমসুং মফোঙদোকতা তোপ তোপ্পা অনৌবা ষ্টাইল অমা পুথোবকই। মেতাফোব অমসুং ইমেজশিং অনৌবা মওংদা শাগৎলি। খুদমশিং —

> *"ওক্তবী শঙ্গোমগী হকচাংনা মযায কাবা লৈশি লৈখোনবগুম মতমগী মযায কাবগী লাইনসু মী কোল্লি লোন্না শেল কোল্লি শঙ্গোমগী হকচাং কোল্লি।"*
>
> *"অমম্বা অহীংদা মবৈ শাংনা তিংথোবকই নুংথিল পোবোপ্তা*
> *ঐগী লৈবাক্কী ফমুংদা ঐগী লাইবক্কী পীগুম মপান্দা।"*
>
> *"ইবাঙগী মমায হাইদোবকই*
> *লংলবা নুংশিৎকী মীৎচিদা*
> *থম্মৈগী কুচু হাজিন্দুনা*
> *মেঙনা থোকপা থাজগী মঙাল থেৎচিল্লম্মী।"*

অদুবু কবি অসিগী লৈবাক নীংবা শৈরেং খবদি মোদার্নিজমগী নিংথিজববা শৈবেংশিংনি। 'ইম্ফাল' শৈবেংদা কবিনা যেক্লি —

> *"নঙদি খঙডিদো ইমা ঃ মৈবা পাযবী।*
>
> *চাকথেকহল্লু মৈঙালনা অমুবা অহীংগী মথবাক*
>
> *হিংচাব্রবা অমম্বসি চাকসনু ইমাগী পোদোনগী মৈবানা শিখাং খাঙদুনা।"*

'নুংশিবী' হাযবা মমা লৈবাক নীংবা শৈবেংদা —

> *"ইমা নঙদি নুংশি*
>
> *ঐনা কদাযদনো লাইগী মচানি চাওথোক্লা হাযবা ঙমলোইদবা।"*

মথংদা, কবি দিলিপময়েংবম ইং ১৯৯১ দা 'পৃথিবী নঙগী নবাইবক' ফোঙই। ইং ১৯৯৫ দা 'ফিবাল অমসুং উফুল' ফোঙই। অকোনবগী লাইবিক অসিগী মতাংদা যুমলেম্বম ইবোমচানা হায, 'মীওইবা সমাজদা হোংলক্লিবা অওনবা কযানা মীগী মমল লৈহল্লকত্রি, মীওইবগী মীংতম্বা হেন্না হেন্না মাঙশিল্লকলি। মসিনা তাইবং পানববু অমসুং তাইবং মীবু লুনা নীংজবা কবিগী মফমদা লেপ্পা লৈতনা চৈনা ফংহল্লি। কবি দিলিপনা মহৌসাগী খুৎশেম্মু যাম্না পাম্মুজে, মমল খঙই। কবি দিলিপ মোদার্নিষ্ট কবি অমনি।

লমদম অসিগী মীওইবগী ৱাকৎশিং, পেন্দবগী খোল্লাও, লোইলম লৈঙাক্কী নৈহৎ-তুহৎপীবগী মাযোক্তা ঈহৌ শাগৎচবা, অচূম্বা, নীংতম্বা অমসুং মীওইবগী হক ফংজবগী আসা পুন্নমক শক্তি পাযবশিংনা পাঙ্গল শীজিন্নদুনা অবেম্বা তাহন্দুনা লাকপদুবু কবিনা উৎলি —

*"ঈ থোকলবা লম্বীদা চৎলি মীযাম্না*
*অসোকপা দাগ্ মযাম পুবদুনা*

*লোকতাক্কী ঙান হেন্না মমল তাঙলবা*
*থৱাযশিংবু শান্নহল্লি মোংফমগী লীলা।*
*লৈবোল অমগী মথক্তা অতোপ্পা লৈবোল*
*অসুম অসুম ননসিনখ্রি মখাদা সিববা নীংতম্বনা"।*

(মোংফমগী ইতিহাস)

অদুবু কবি অসিগী শৈরেংশিং 'ফাদোক', 'মৈগী চীং', 'হংগী লাই', 'কুইববগী তুংদা', '২১ শুবা সতাব্দীদা নুংশি খুদোল', 'পোক্লকত্রিবা অঙাংশিংদা থাবা চিঠি' অসিনচিংবা তুংদা ওইবক্কদবা মীওই খুন্নাইগী ফীভম, কম্পিউটাবনা পুবকপা অহোংবা এযব পল্লুসন অমদি নিউক্লিযাব লানগী তুংদা ওইবক্কদবা মীওইবগী পুন্সি মহীং কবিনা যেকলি ।

কবি শ্রীমতী সনামচা শৈরেংগী লাইবিক ৭ ফোঙখ্রে। ৭ শুবা লাইবিক 'খোঞ্জেল থোক্তবা ৱাবী' ইং ১৯৯৮ গী মতাংদ শ্রী এলাংবম নীলকান্তনা হায, "অর্থগীদমক শৈরেং অমা তাপ পাযকুবদা খঙহৌদনা লৈনাশিংদু খুমজিনখি। কবিগুম্বা খবদি অপাবদা লৈহৌই। চপ চানা কবিনো হাযবিবসিবু হাযনা থিববদি ফংদে। অর্থ কযা থোবকই — অপাবনা লৌনিংবা অর্থদা লৌজখিসনু মতাগুম। সনামচাদি প্রতিকবাদী (Symbolist) কবিনি। শৈরেং অযামবদা পল্লেপফম খঙদবগী, চবাংনবগী, লন্দাংনবগী, শকখঙদবগী শুবনা মপুং ওই। নাইতোম তাববী কবিনি — খোঞ্জেল থোক্তবা। কবি সনামচা ববীন্দ্রনাথকী প্রভাবতগী নানথোকপা ঙমদনা উববসু মহাক্কী শৈরেংগী হোংলকইবা মশক অৱাংবা ৱাখল অমসুং মফোংদোক্কী অপনবা লৈহন্দবা ঈচেল অসিনচিংবা নৈনকুবদা কবি অসি মোদার্নিষ্ট কবি অমা ওইনা মনিপুবী সাহিত্যদা ফিদা অমা তশেংনা কল্লবীনি। খুদম খবা —

*"পাকচাওববা সমুদ্রগী মথাদগী মনিল ওইনা অতিযাগী তমপাক্তা লৈচিলগী খোঙলোযগী চক্রদা শকচখিগে অতৈসু মৈগী চাংযেং মবক হৎনা"।* (শকচখিগে অতৈসু, নো নোংমা, লা ১)

*"কুনশুবা শতাব্দীগী মৈবীবক্তা*
*তাঙ্গোয ওল্লক্লবা পৃথিবী —*
*শতাব্দীগী অবোযবা খোঙজেনসিদসু*
*মৈবীবক্তগী চোংথোকহৌবা*
*ফীভম কাযববা মূর্তি শঙ্গু —*
*ঈগী নোংবিকবক্তা লৈনাশিংগী*
*অহাংবা তেংথাখোঞ্জেল*
*হাযযু লাইযেকপা — হাযযু*
*কুনমাথোই শুবা শতাব্দীগীদমক*
*নহাক্কী পৃথিবী*
*কৈদৌঙৈ মাযখুম হাংগনি ?"*

(কৈদৌঙৈ মাযখুম হাংগনি, খো থো ব্রা, লা ৭)

মথংদা, প্রগতীবাদী আধূনিক কবি কোম্ভোজম কালেনজাউ — লাযববা যোগী মীযামগী কবিনি। নৈহৎ-তুহৎপীববা চাকথুং-ফিথুংবিদ্রবশিংগী খোল্লাওনি। মহাক্কী শৈরেং লাইবিক — 'অতিযাদা মুশুক মুবা চাকেথোং চফু পাইবে' — শীংথানিঙাযনি।

মথংদা কবি বীরেন লাইশ্রমগী 'ঙাইজবনি থাদোইনা লোই কাবকপা' শৈরেং লাইবিক্তা মৈতৈ খুন্নাইনা থেংনবিবা সমস্যাশিং — বাজনীতিগী ওইবা পেন্দবশিং, ঐখোযগী ইবক্তা লীংজেল মান্নদবগী সমস্যা, শেনজা-থুমজাগী অমোৎপা, মীৎযেং শান্দবা, নহাবোলশিংদা নিশা ড্রাগ এবুসনচিংবগী সমস্যা কযানা খুন্নাই পুন্সিদা পীবকপা চৈথেং কবিনা যেকলি —

*"কদাযদনো ঐবু পুবিবক্লিবসি ইমা*
*মফমসিদা নোং তাদে লৈ শাৎতে*
*থোকতে অযুক্কী ঙাঙ্গানবা কোবৌ*
*পাইবিদো অহাংবা অতিযাদা খুনু শঙ্গু*

*অদুম লেপ্তনা চৎলি তিংখং মবকসিদা।*

*লাক্লবনিনা ঙাইবগে থেংলবসু থেংনা*
*খম্বগী তৌদ্রি মখোলদা*
*থাদোইনা লোই কাবকপা।"*

কবি অসিগী শৈরেং লাইরিক 'কবিগী ইদোম কপকনি' হং ১৯৯৯ দা ফোঙই। বি এস রাজকুমারগী মোততা, 'শৈরেংশিংগী হীরম, রাজনীতি, মীওইবগী মমল যাওশিল্লক্তবা, লৈত লাযববগী মরমদা, মতমগী ঈরাংদা মীশি মীনা থোকপগী নুংঙাইতবা, অপুনবা ভাবতকী শক্তম কাযহন্নিংদবা অসিনচিংবনা মরু ওইবনি। নুংদা কবেন্নবা সেটাযাব তৌবগী মশক্তি। পুন্সিবু মবেক মহাও যাওদ্রবা পোৎশক অমা ওইনা উবা, হৌজিক হিংলিবসিতনা মরুনি হাযনা খনবগী মতৌসি ইগজিষ্টেনসিয়েলিষ্ট ৱাখল্লোন্না আধুনিক শৈরেংদা পীবকখিবা, লাল মতুংগী অনৌবা শৈরেংগী মওং অমনি।'

মথংদা কবি ওক্রম মীনা দেবী মশাগী চপচাবা ফিবেপ শক্তম অমা লৈববা মণিপুরী সাহিত্যগী আধুনিক কবিনি। মীওইবগী থম্মোযগী নুংগী ওইবা পল্লেপফম নাইদবা মশকপু কবিনা যেকলি —

*"মীওইবগী পৃথিবী কবন্না খঙগনি*
*লৈফুলনা আকাশপু কুপ্পগুম*
*নাপন্না থম্মোযবু কুপশ্ত্রবদা,*
*শক্তিনা থম্মোযবু যোমখ্রবদা।*
*মীওইবগী পৃথিবী কবন্না লৈহৌবে*
*থম্মোযগী থোংজংদা —*
*অমম্বগী মথংদা অঙানবনা,*
*অঙানবগী মথংদা অমম্বনা,*
*অমম অঙান্না শিন্নদুনা থম্মোযগী থোংজংদা।"*

(মীওইবগী লাইবক, তেংবানবদা মীনাইগী চিঠি, লা ৪)

অমুকসু কবিনা মৈতৈ জাতিগী ওইরিবা ফীভম, রাজনীতি অমসুং অর্থনীতিগী ওইবা অৱাবা কযা নংলিবা তং তাদ্রিবা ফীভমবু শৈথারি —

*"খোঞ্জেলতনা তাহৎপীবে শিংকুপ শানা*
*যুমদোমপোকসে নৈহৎলি।*
*মপান্দনা লৈবাং ওই, মনুংদনা ফুন্নবা নোংলৈগী*
*শক্তমশিং নীংশিংবদা খোর্জেনা চেম্থবি মনিং তম্না*
*তোর্বানদুদা, হিংথাংফম ঙাইবদা চোকথবতা ওই।"*

('যুমদোমপোকতা', তে মি চি লা ৫৪)

কবি ওক্রম মীনা শৈরেং লাইরিক ৪ শক ইরম্মী। 'খাঙপোকশঙসিদা' অমসুং অতৈ শৈরেংশিং (১৯৯৩), 'সন্ধ্যা থাউমৈগী মৈরী' (১৯৯৬), 'অহিংগী থাউমৈ' (১৯৯৮)। মহাক্কী 'অহিংগী থাউমৈ' পাকবগা এলাংবম নীলকান্তনা হায, 'লাইরিকসিনা হাযরিবসি কবিনো খঙনবা, অহুম-মরীবক হঞ্জিন হঞ্জিন পাবা তাই। খঙলকপা অদুমকসু কবিনা খল্লমদবা

ওইবমবসু যাই। মতমসিগী কবিতানা ফজবিবসি অসিরাইদনি। ঐহাকসু লাইবিক অসিবু ভাব তাবে হাযবদা হাযমনবা থোকপসু যাই। মণিপুরী শৈরেংদদি অনৌবা চাংযেং অমনি। মাঙশিল্লক্লবা সভ্যতাবু শকখিবা কবি টি এস এলিযটকী 'রেষ্ট লেণ্ড' শৈরেং নীংশিংহল্লি। মফোঙদোক্তা মান্নে হাযবদি নত্তে। রোমান্টিক কাব্যগী মনম থাদোকপা ঙমদ্রি।

মথংদা মোদার্ন সেন্সিবিলিটি যাওবা শৈরেংশিংগী লাইবিক ফোঙখ্রবা ববাক তম্পাক্কী অতৈ কবি খবগী মিং অমসুং মখোযগী অখন্নবা শৈরেং অমমম পল্লবদা কবি কোন্সম তোনুগোপালগী শৈরেং 'অতূম্বা মৈগী চীং', কবি ফুবিৎশাবম বীবমনিগী 'নুংশিবা', কবি রাংখৈমযুম লোকেশ্বরগী 'লাইধিগী জগোই', কবি পুখ্রম্বম নোনীগী 'চিংখাযববা থম্মোয', কবি লাইশ্রম মুনিন্দ্রগী 'গ্লাস', কবি ক্ষেত্রি শান্ত কুমারগী 'শিংলিদা তৌবকপা টেলিফোন', কবি লৌখাম নন্দকুমারগী 'ঈশ্বরগী মফমদগী শিবগী হক', কবি এস তাহিব আলীগী শৈরেং 'অমম্বা মবকসিদা', কবি লৌখাম আতোলগী 'সিধা চাবা লাই' শীংথানিংঙাইনি।

শৈরেং লাইবিক্তি পুথোকত্রিবা অদুবু মেগাজিন্নচিংবদা শৈরেং তোযনা ফোঙখ্রবা মীযাম্না চাওবাক্লা শকখঙনববা আধুনিক কবি খব অমসুং মখোযগী শীংথাংঙাই ওইবা শৈরেং অমমমতং পল্লবদা — কৈশাম পূর্ণেন্দুগী শৈরেং 'থৌজাল', হৈস্নাম লক্ষ্মীবাবুগী 'কপসিবা নোকসিবা', কাংঙবম শান্তিকুমারগী 'অসুম রাংখৎখি', লৌখাম মঙ্গীগী 'যেকপা লোইদ্রিবা লাই', নাওরেম বিদ্যাসাগরগী 'যাই মচুগী অতিযা', জহিব উদ্দিনগী 'চুমথাঙ', ইবুংঙোমচা লাইরেল্লাকপমগী 'মনিল', যুম্নাম কালাগী 'ব্লেক মার্কেট অমসুং থোক্চোম নিমা পনবা যাই।

অরোযবদা হাযনীংবদি sincere ওইনা শৈরেংগী মতাংদা মশাগী passion অমগা লোযননা কবিশিংনা ইনবক্লবদি ববাক তম্পাক্তা অরাংবা রাখল্লোন চেনবা মোদার্নিষ্ট কবি কবিগী হেন্না থোরক্লোইদগে? Dr Sitakant Mahapatra না হাযবম্মী, "The passion and intensity that poetry speaks of is life-giving, life-affirming and life-nourishing "

✸✸✸

তান্নখিবা লাইবিকশিং —

১। সাহিত্য অমসুং নাৎকী ৱাবেং খবা — *ডা বাজেন তোইজাম্বা (১৯৭৭)।*

২। লমসিদগী, খুনসিদগী, লৈকাযসিদগী — *নহাবোল খোবিবোল শিল্লুপ, কাছাড (১৯৮৪)।*

৩। অতোপ্পা খোঞ্জেল — *নহাবোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ইম্ফাল (১৯৯৩), অনীশুবা খুৎনম।*

৪। মণিপুৰী শৈবেং নৈনবা অমসুং অতৈ ৱাবেং খবা — *ননচেনবা মীতৈ (১৯৯৮)।*

৫। অনৌবা মণিপুৰী কবিতাগী শক্রোন — *এস ব্রজেশ্বৰ (১৯৯৬), অনীশুবা খুৎনম।*

৬। পাম্থা, জুলাই, ১৯৯৮ ইং — *দি মণিপুৰী লিটাবেৰী ফোবম, আসাম।*

৭। A glossary of literary terms, third edition, 1985 – *M H Abrams*

৮। অঙাংবা নুংথিল (১৯৮৬) — *নোংপোক কাছাড অইবা শীল্লুপ।*

৯। খঙ্গৎপা শৈবেং (১৯৮১), ৱাহৌদোক — *মণিপুৰী সাহিত্য পৰিষদ, আসাম।*

১০। পৰিষদকী অপুনবা শৈবেং (১৯৯৭) — *মণিপুৰী সাহিত্য পৰিষদ, আসাম।*

১১। সনখোঙ — *ওক্টোবৰ - ১৯৯৫, জানুৱাৰী, জুলাই, আগষ্ট - ১৯৯৯।*

১২। খোবিবোল — *ফেব্রুৱাৰী - ১৯৯৫, নভেম্বৰ - ১৯৯৫।*

১৩। মতমগী শৈবেং, ৱাহৌদোক — *দি কলচবেল ফোবম, মণিপুৰ।*

১৪। The First Meena Devi Memorial Lecture, Dec 13, 1998

১৫। ববাক তম্পাক্কী কবিশিংগী শৈবেং লাইবিকশিং।

১৬ "Poetry and Passion The Search for the other voice" –

*Dr Sitakant Mahapatra*

---

[ (১) মনিপুৰী সাহিত্য পৰিষদ, আসামগী লখিপুৰ মশানা শীল্লাংবা মে তাং ২১, ২০০০ ইংগী আর্ল হাযাৰ সেকেণ্ডৰী স্কুল, লখিপুৰদা পাঙথোকখিবা মীফমলেন্দা পাথোকখ্রবা, (২) খোবিবোল, নভেম্বৰ, ২০০১ মশীং, নহাবোল খোবিবোল শিল্লুপ, আসামগী চেফোঙদা ফোঙখ্রবা। ]

# মপান মনিপুরগী মনিপুরী শৈরেংদা পোষ্টমোদার্নিজমগী ৱাখল্লোন

পোষ্টমোদার্নিজম হায়বদি Enlightenment (1600 - 1780) অমদি মোদার্নিজম (1910 - 1930) ঈহৌ অনীসিগী মাযোক্তা থোকখিবা ঈহৌ অমনি। মীওইবগী সমাজগী পুন্সি মবেলদা পোষ্টমোদার্নিজম চঙলকপগী মতাঙদা William Willımen না হায়খি, "Sometime between 1960 and 1980, an old, ınadequately conceıved world ended, and a fresh, new world began Just because thıs revolutıon dıdn't begın with some battlecry does not make ıt any less dramatıc "

Davıd Cook না হায়, "Postmodernısm moves beyond the 'modern', scıentıfically based vıew of the world by blendıng a skeptıcısm about technology, objectıvıty, absolutes and a total explanatıons with a stress on ımage and appearance, personal ınterpretatıon, pleasure and the exploratıon of every spırıtual and materıal perspectıve"

পোষ্টমোদার্নিজম ঈহৌগী লমযানবশিংদি ফ্রান্সকী ফিলোসোফাবশিং Lyotard অমসুং Baudrıllard নি হায়না লৌনবি। Jean-Francoıs Lyotard গী লাইবিক — "The Postmodern Condıtıon (1979)" অমসুং Jean Baudrıllard গী লাইবিক — "Sımulatıons (1987)" অনীসিনা পোষ্টমোদার্নিজম হায়বা 'ইজম' অসিগী মশক মতৌ লাকতুনা মীযাম মাঙদা থল্লকখি।

Lyotard না হায়বিবনা — মীওইবগী পুন্সিদা বিজ্ঞান অমসুং মেছিনগী ওইবা চাওখৎপবু কা হেন্না থাজবা থম্মুবদগী ফংলকপা মহৈ — 'অসিমঙায়বে অচূম্ব অদু', 'অসিমঙায়বে নুংঙাইব অদু' — হায়বনচিংবা লৌশিংগী ওইবা অকক্লবা ৱাবেপ তাবা অদু অবানবনি হায়বা তাকই। মীওইবগী লৌশিংগী অকক্লবা পম্বুং লৈতে। মীওইবগী পুন্সিদা বিজ্ঞানগী অমসুং মেছিনগী চাওখৎপা অসিনা অমবোমদা নুংঙাইহল্লবসু, অতোপ্পা মাযগৈ অমবোমদা নিউক্লীয়াব খুৎলাইনা মীওইববু মাঙহন্নবগী অকীবা, অকোয়বগী ফীভম মোৎশিল্লকপা, মালেমগী মৈশা হেক্সৎলকপা অসিনচিংবা হীবম কযানা মীওইবদা অকীবা পুবকই। বিজ্ঞানগী চাওখৎপতনা মীওইবগী অবোযবা আশা নল্লে। থিখিবা তাবি নুংঙাইবা হায়বদু কবিনো। হংখিবা তাবি চাওখৎপা হায়বদু কবিনো। অচুম্বদু, নুংঙাইবদু, অফবদু

অসিখক্তনি হায়না হেক্তা লেপথোকপা যাবোই। মখল মথেলগী চাংযেং তৌদুনা তোঙান তোঙানবা ফীভমগী ওইবা অচুম্বা, নুংঙাইবা, ফজবা থিব তাবনি। কনাগুম্বা অমগী ফিরেপতা নোঞ্জদুনা — 'মসিনা লোইবে' - হায়না হেক্তা লেপথোকপা যাদে।

["Knowledge is and will be produced in order to be sold, it is and will be consumed in order to be valorised in a new production in both cases, the goal is exchange Knowledge ceases to be an end in itself, it loses its 'use value' "]

Graham Johnston না মাগী লাইবিক "Preaching to a Postmodern World" দা অসুম্না হাযবি, "Modernity once proudly boasted of changing the world and solving human ills through technological advancement and human progress Now that dream is seen to be an illusion Technology and progress have not only failed to solve all human dilemmas, but in the course of events have actually contributed to human suffering as evidenced in such cases as the threat of nuclear annihilation, the destruction of the rain forest, cyberpornography, global pollution, and the depletion of the ozone, to name just a few "

Baudrillard না হাযনীংলিবনা, মীওইবগী সমাজদা উবিবশিং অসি, শাজিন্নবা অদুনা অওইবা ওইবে, তশেংবা অওইবা অদুদি লৈত্রে। মহাক্না খুদম পীদুনা হায — "Disneyland is the real America, the hyperreal America, just like the rest of America, which is 'of the order of the hyperreal and of simulations', 'more real than the real' America " হাযবদি — "দিসনীলেণ্ড অসিনা অওইবা আমেবিকানি, কা-হেন্না অওইবা শক্রুবা আমেবিকা, আমেবিকাগী অতৈ শরুক্না ইমান মান্নববা, 'অওইবা অদূদগী হেন্না অওইবা ওইববা' আমেবিকানি।" ফিল্ম, টি ভি অমসুং এদভবটাইজিংগী মফিশিংগা হৌজিক্কী পুক্সি মরেলগা অসুক্কী মতীক তোৎন-তিন্নখ্রে মদুদি অশেংবা ওইদবা অনীগী মবক্তা খেন্নবা কবিমত্তা খঙবা ঙমদ্রে। পোৎশক খুদিংমক মমি ওইরে, মপানতমক ঙাযরে, মনুঙ যাওদ্রে। মসিবু মহাক্না 'hyperreal' গী সংস্কৃতি নত্রগা 'পোষ্টমোদার্নিজম' কৌই।

পোষ্টমোদার্নিজম অসি মোদার্নিজমগী মাযোক্তা থোক্লকপা, মকওইনা ইউবোপ-জাপান-আমেবিকানচিংবা লৈবাক্তা ওইবকপা Post-Industrial Age কী মশক উৎপা, Feminism, Post-colonialism, Deconstruction গী বাখল চেনবা, Euro-centric ওইবা বাখল থাদোকপা (ইউবোপ নত্রগা নোংচুপলোমগী পোথোক্তনা অথোইবনি খনবা বাখলদু থাদোকপা), লমদম লমদমগী ওইবা থোইদোক-হেন্দোকপশিং অদুবু হাযবদি Regionalism গী ওইবা পোথোক থৌগৎপা, হান্নদগী লাইবিক ইদুনা মীযান্না শকখঙনবব

মখোয় খবতনা (Elites) পুথোবকপা পোখোক্ল মতম খুদিংদা অথোযবা ওইগনি হায়বগী বাখল থাদোকপা, open-ended, decentralised, antiform, acceptance কী ওইবা সাহিত্যগী ঈহৌ মখল অমনি। পোষ্টমোদার্নিজমগী খুদম অমদি অরুন্ধতি রায়গী নোভেল — "God of small things" নি।

মোদার্নিজম অমসুং পোষ্টমোদার্নিজমগী খেন্নবা খর পনবা যাবদি —

| মোদার্নিজম | — | পোষ্টমোদার্নিজম |
|---|---|---|
| Romanticism | — | Dadaism |
| Form | — | Antiform |
| Design | — | Chance |
| Art object/Finished work | — | Process/ Happening |
| Distance | | Participation |
| Creation/Totalisation | — | Decreation/Deconstruction |
| Synthesis | - | Antithesis |
| Centering | -- | Dispersal |
| Genre/Boundary | — | Text/Intertext |
| Paradigm | -- | Syntagma |
| Hypotaxis | — | Parataxis |
| Metaphor | — | Metonymy |
| Selection | — | Combination |
| Signified | — | Signifier |
| Readerly | — | Writerly |
| Narrative | — | Antinarrative |
| Symptom | — | Desire |
| Determinacy | — | Indeterminacy |
| Transcendance | – | Immanenence |

পোষ্টমোদার্নিজম ঈহৌগী মরু ওইবা মওং মতৌ খবদং পল্লবদা মখাগীশিং অসি পনবা যাই ঃ

(১) মসি মোদার্নিজমগী মাযোক্তা শাগৎলকপা ঈহৌনি।

(২) অকক্লবা অচুম্বা অমখক্তং লৈ হায়বগী মাযোক্তা লৈ। Relative truth নত্রগা মফম মতম ফীভমগী মখা পোন্না অমসু অমসু ইচুম চুম্বা যাই হায়বা মীৎযেং উৎলি।

Martin Robinson না হায, "Postmodernism says the idea of a world of facts, or an objective world is an illusion Everything is subjective So the relative pluralism that was present in modernity (with regard to values and morality) has now been extended to the whole of life Everything is pluralistic now All views are just as good as mine "

(৩) মীওইবগী হৌন-লোনচৎকী অকক্লবা পথাপ লৈতে। মীওইবা খুদিংমক্না মশা মশানা হৌন-লোনচৎকী মতাংদা মানা মানা পাম্বা ফিবেপ লেপচগনি।

["Skeptics suspecting authority", "Truth is seen as a fool, perpetuated by those in control as a means of oppression and maintaining control of the underclass, the most dangerous creatures are those claiming to know "

ৱাখল্লোন অসিগী মতুং ইন্না হোমোসেক্সুয়েলশিং, ফেমিনিষ্টশিং, মযুম লৈতবশিং, লমদম অমদা চাউবকপা মীওইশিং (Native শিং) — পূম্নমক্কীসু মাগী মাগী ওইবা মীৎযেং ৱাখল লৈগনি, দাবী লৈগনি অমসুং মদু মযামনা তাবিবা তাবনি।

(৪) ইশাগী অওইবা শক্তম অমা যাওদনা হিংবা ('the uncertaining of one's self perception') । ইমুং মনুংগী ওইবা মবী অসি মমা-মপা-মচাশিংগী মশা মশাগী ওইবা individual freedom না decentralised তৌবকপদগী মশাগী identity গী মতাংদা crisis থোকহল্লি।

Graham Johnson না হায, – "Postmodernity, when taken to its logical conclusion, can create a kind of solipsism in which the only world one can ever knew is one's own private existence modern technology has seriously contributed to the breakdown and loss of self "

(৫) লমচৎকী ওইবা অশেং-শেংদবগী খেন্নবা মাঙলকপা। মীওই অমখক্কী দাবীশিংগা সমাজগী ওইবা দাবীশিংগা মূক্নবা হেক্সৎলকপগী মতমনি ঃ Smoking, pornography, abortion, free speech, euthanasia, ligalization of drug use, capital punishment, homosexuality নচিংবা হীবমদা। কনাগুম্বনা হায, "When you lose the law of God, you end up with a society of lawyers " অপাম অপাম্বা অদু থাজবগী মতমনি। G K Chesterton না হায — "When people cease believing in God, it's not that they believe in nothing, but they 'll believe in anything " পামলু পামলুবা অদু থাজনিঙাই ওই। অচুম্বা থৌদোক ওইববসু ['One chooses to believe something because one wishes it were true ']

পোষ্টমোদার্নিজমদা **মহৌশা (প্রকৃতি)** বু ঙাকনবা Green movement অমসুং Environmentalist **শিংগী খোল্লাও খৌগৎলি।**

(৭) টি ভি, **ফিল্ম, কম্পিউটাবনচিংবা** মেদিয়াগী পোৎশিংগা মীওইবগী পুন্সিগা হকচীন্না নকশিন্নখিদুনা, **শাজিন্নবা মওংগী ওইবা** পুন্সি মবেন অমা মীওইবনা লেল্লকপা ['Television and **movies further blur** the lines of reality in simulating life and creating an **alternative** reality on screen ]

(৮) কলাগী **পোখোক অখন্নবা** মী খবতগী লীপুন্দ লৈবোইদবনি হায়বা। (Antielitist)। **মপুন্সিদা অহম্বা ওইনা** ইবিবা অকন্ধতি বাযনা Novel বুকাব এরার্দ ফংখি। (" Postmodernists **reject the** institutional elitism of the high culture

They mock the **conventions** of the art world and openly (though sometimes ironically) **embrace** the pop culture, consumerism, and kitch" --- Veith

" In the renaissa**nce period**, art was viewed as a serious means of reflecting reality **and expressing** important truths Now art forms become a means of **expressing the** loss of truth, fragmentation and isolation and the lac**k of real** meaning " ---- Graham Johnston

(৯) মীযামগা **হিংমিন্নবা পাম্বগী খোঙচৎ** অমা নৌনা শাগৎলকপা। (Questing for Community') [" **The enlishtenment** exalts the status of the individual to new heights, then ***the* reformati**on brought stirrings of the rise of the individual .. **Postmod**ernism has n't jettisoned the value of the individual, howe**ver, a deep longing** for community has begun to surface "------- Graham Johnston )

(১০) Materia**lism গী** ওইবা হবাও-নুংঙাইথোকপা পাম্বগী হৌনবী ।

['Pleasure-seeki**ng** in **a relati**vistic society with many options for pleasure ']

পোষ্টমোদার্নিজমদা **ওইবকইবা পুন্সি** মীৎযেং অসি তাংদাংবা মশক খঙলবা মতুংদা হৌজিক মনিপুব মপানগী **শৈরেংদা পোষ্টমোদার্নিজমগী** মমি তাবা অদু অমুক্তং যেংশিন্নবা লাক্লসি।

**মনিপুব মপানদা মকওইনা আসামদা** ভসিফাওবদা কবি যাঙ্খেবোমদগী শৈবেং লাইবিক চামগা কুম্থ্রাবোম **পুথোকখ্রবসু, কবিশিংগী** খুৎইদা যেংলগা পোষ্টমোদার্ন রাখল্লোন্না মপুং ওইবা কবিদি লৈত্রি হাযবা **যাই। অমরোমদনা** অমুক, নোংচুপকী মীওইশিংগী পুন্সি মবেলদা **ফংলিবা পোষ্টমোদার্নগী মশক অসিমক ভারতকী** নত্রগা মনিপুবীনা তাবা লমদমশিংদা চপ

মান্ননা ফংবা ওইথোকলোই হায়বসিসু চুমই। পুন্সি মহীংদা খেন্নবগা লোয়ননা পোষ্টমোদার্নগী মশক্তসু খেন্নবা মওং লৈফম থোকই হায়না ঐনা লৌনীংই ।

খবা তোঙানবা মশক অমদা ওইববসু, মপান মনিপুবগী মনিপুবী শৈবেংদা হায়বদি শৈবেং খবদা, পোষ্টমোদার্নিজমগী মমি তাবে অমসুং পোষ্টমোদার্নিজমগী ৱাখল্লোন যাওই হায়বসিমদি তশেংলে। খুদম ওইনা, কবি খবগী খন্দোকলগা শৈবেং খবা নৈনজবি মখাদা। মসিমক্লা পোষ্টমোদার্নিজমগী ৱাখল্লোন চেনবা শৈবেং অতৈ লৈত্রে হায়বা নৎচদে, অদুগা কবি অতৈগী শৈবেংদা পোষ্টমোদার্নিজমগী ৱাখল্লোন চেনদে হায়বসু নৎচদে। কবিশিংগী অইবা পুন্নমক ঐনা ফংবা ঙমজদবনা অমসুং ঐগী লন্নাইগী ওইনা থিজিনবা ৱাৎপনসু ঐনা লানখৎচবিবা অইবা চে অসিগী অশোনবা অদুম লৈববনি হায়না ইশানা যাজবি। অদুগা অমনা, হিংদুনা লৈবিবা কবিশিংদা অহোংবা লাকপা যাই অমসুং লাকই, অদুনা শৈবেং খবা নৈনবিবা অসিনা মনিপুব মপানগী মনিপুবী শৈবেংদা পোষ্টমোদার্নিজম চংবগী মতাংদা অবোযবা ৱাবোল নত্তে হায়বসিসু শেংদোকচবি।

কবি যুম্নাম ইলাবন্তনা "থম্মোয" (নুংশিৎ শিৎলি ঊনা লেংলি ল ১৬) শৈবেংদা খুঙ্গং অমগী পুন্সিগা মহৌশাগা চুংশিন্নবদগী ওইবা ইচম চমবা ফীবমবু মেতাফোব, মেটোনাইমি অমসুং ফজববা ইমেজবি শিজিন্নদুনা খোযথুন্নববা মশক অমদা পুথোবকই —

"থমংখোংদা নৌ হোৎল হোৎলদুনা ৱাকযৈ হি তাউথবকই। খুঙ্গংসিগী মপুক মনুং মমিনা যুহা হাবদুনা লাংহল্লি। লৈবাংশিংনা মচুগী হিযাং তান্নবমই। লেংজুম ঙান্না ঙংলবা খোযনা তুংযানগী মকে উৎলমই। অহিংগী থোংনাউ থাজনা হাংদোকলমই। থাবলগী লমপাক্তা অচিকপনা লেপলদুনা —————— নোংঙালমদাইসিদা থবানা কেবৌবু নুংশিগী ইমুংদগী কৌথোকলমই। খুঙ্গংসিদগী মীবৈবাক ফাওবা চৎলি। থম্মোযগী উশাদগী চেক্লা পাইথোবকই"।

"অহীঙগী থোংনাও থাজনা হাংদোকলমই" হায়বসি — "থাজগী থোংনাও অহীঙনা হাংদোলমই" হায়বনি। মেটোনাইমি শিজিন্নবনি। "থম্মোযগী উশাদগী চেক্লা পাইথোবকই" —— হায়বসি মেটাফোব শিজিন্নবনি। নোংঙালকপদা খুঙ্গংগী মীওইশিংগী পুন্সি অমুক নোক-খেদুনা ইলাং লাংদুনা পুন্সিগী থৌগায কযা পাংথোক্তুনা চৎথবকই হায়বা তাকই। ৱাহৈপবেং অসিগী হেন্না লুশিনবা অর্থ অতৈসু লৈহনবা যাবি। অসুন্না মহৌশা প্রকৃতিগা মবী নক্লবা অর্থ কযা চেনবা, পুন্সিদগী লাপথোকনীংবগী মহুৎতা ন কশীন্নীংবা, Positive ওইবা শৈবেং খুৎই অসি পোষ্টমোদার্নিজমগী মশক অমনি। মোদার্নিজমগী শৈবেংশিং অযাম্বনা Negative ওই, পুন্সিদগী লাপথোকনীংই। অদুবু পোষ্টমোদার্নিজমদা Positive ওই, পুন্সিদা নকশিন্নীংই, তোঙান তোঙাম্বা ফীবমদা পুন্সিবু চাং যেংনীংই। কবি অসিগী অতোপ্পা শৈবেং

"তুবেল" (নুংশিৎ শিৎলি ঊনা লেঙলি, ল ৩৪) অসিসু মথক্কী অসিগুম্বা ফজববা পোষ্টমোদার্নিজমগী ৱাখল্লোন চেনবা শৈরেংনি। কবি অসিগী শৈরেং "শৈরেংগী ইমুং-মনুং" (মৈৱাযগ্রবা লমদম, ল ৫) দা ইবি — "থাজনা থোবকপদা নোংজুগী লৈচীল পাইবকই/মহৌশা লাইবেম্বী মীকপ থোবকলে/শৈরেং মনুংসিদা মী খবা খুন্দাবরে ———— থাবল ফৈ থাজ মানবী ঙংলো ঈশৈ, হোম্ববো নুংশি হীনাউ/তাইবংসি পংবনা ফৈ থৌদাসনু অশোনবদা।/হিংববু হৈববদি কুম্মৈগী কুম্মৈ ঙাক্তনি নঙনসু খাকপা যাই চার্লি চেপলিনগী কোই।/নঙনসু খাকপা অদুম মযাই হিটলাবগী কোই।/ কোই খাকপদা বাটবফ্লাই পাই।/হাবৌগী খোঞ্জেলনা অহিংবু শেগাইদুনা শান্নৈ।/ ——— মনিপুবদা শৈরেংসি শিফট তৌদুনা পুবে/মীযামগী লাউ-খোংলবা ভোটনা কাং-খোং চাযবে।/——— মৈ থাবে মন্ত্রীগী দালালীগী দালান।/মফমদুদা হৌজিক ফাও নাপী হৌদ্রী হায/হৈক্রেকশিংনা লৈচিল যেংদুনা লৈবি/———— আফগানিস্থান ———— ৱার্লট্রেদ সেন্টব ——— গুজবাট ———— অহিংনা তৌদ্রি খোংলদুনা লৈকায কোয/নীক্রুবা মীহুন কযা খোমজিল্লি থোৎনা মেংনা/থৌববা থাংশাং ওষ্ঠোকখবে/মৰুভুমিগী মথক্তা ঊট তোংদুনা চৎলি"।

শৈরেং অসিদা মীযাম হিংমিন্ননিংবগী থৌবাংবা, তোঙান তোঙানবা শন্নদ্রবা থৌদোক কযাবু হৈশিংনা লৈপরেংওম লেংশিনবা (Dadaism গী খূৎই মওংনি হাযবা যাই)। পুন্সিগী তোঙান তোঙানবা ফীবম অখা-অযাকপনা থল্লবশিংদসু কবিগুম্বা তমনিংঙাই অমা লৈ হাযবা থাজবা অমগা লোযননা পুন্সিদা অনৌবা থৌনা অমগা লোযননা তৌদ্রি খোংলদুনা, "হিংবসি লিববা মযায অমনি" ——হাযদুনা চঙশিল্লী। পুন্সিদগী চেষ্টোকপা নত্তে, ——'মৰুভুমি' গুম্লবা পুন্সিদা "ঊট তোংলদুনা চৎলি"। পোষ্টমোদার্নিজমগী ৱাখল্লোন ফোংদোকই।

কবিগী অতোপ্পা শৈরেং "মৈৱাযগ্রবা লমদম" (মৈৱাযগ্রবা লমদম, ল ২৩) দা উৎলি কাঙলুপ মশেল যেংথীনবা মবক্তা কবিনা মীনুংশিগী আপিল অমা মালেমগী মীযাম মাঙদা থমলি- — "তাহৌবি চীংমাযদা ঊৎ মপৈ মপৈ। নুংশিৎনা হুমগৎলকলি নঙ-ঐ তামনা"। লোযননা মীওইবা পুন্নমক অসি পূন্না নুংশি চান্ননা হিংমিন্নবগী মতাংদা আপিল অমা তৌবি। মোদার্নিজমগী মহৈ ওইনা শাথিনা Individual freedom পামজব্রা মীওইবনা নাইতোম তাবকপগী হিংবদা নুংঙাইতবা ফীভম মাযোক্লদুনা মযাম হিংমিন্নবগী থৌবাংবা হাযবদি 'search for community' শৈরেং অসিদা তোঙান্না মওং অমদা উহল্লি। পোষ্টমোদার্নিজমগী ৱাখল্লোননি।

মথংদা কবি থোকচোম বিশ্বনাথকী শৈরেং "লোন্না চিঠি ইবী ঃ শকুন্তলা" (ওক্তবী অমসুং সাবোন, ল ৪৮) অসিদা নুপীনা সমাজগী নিযম অমসুং চৎনবীগী অফা-অপুন পূন্নমক অমত্তা ইন্দদুনা নীংতম্লিংবগী খোল্লাও উৎলি। Feminism গী মশক অমনি। কবিনা ইবি — "নোংমা শকুন্তলানা থৌনা ফনা হায ঃ সমাজ হাযববু কৈনো খুবী উৎপিগে। মী পুম্বা তৌশিম্নবনি শেল

অমসুং হাংবগী।/ অচুম্বা অমসুং ফজববু কনানা সেবা তৌবগে?/ মীনা মীগী মথুন্দা ভাংবা মলৈকদবা বানি।/ শঙোম মপাল কাবকই শকুন্তলাগী বাহৈগী অর্থ/ অমসুং পূন্নিগী লাইবক্তা পিক্ল পিক্লবা বিন্দুনা লৈই চিংলকই ।"

হৌজিক মতমগী ওইবা ঈহৌশিং Feminism, Homosexuals, Homeless people, Native people মযামসিগী খোল্লাওশিং অসিসু পোষ্টমোদার্নিজমগী মশক অমনি।

কবি দিলিপময়েংবমগী শৈরেং "মল্লব ঈচেলগী তোর্বন্দ" ( ফীবাল অমসুং উ ফুল, ল ২৮) মীওইবনা মশাগী Identity অমা থিবা 'Search for self' হায়বা অদু ফোংদোকলি- —— "ঐ নুংঙাইবকই চাওবব পুকে অমা থেংনবদা"/ লোয়নাইদ্রবা পুরাবীগী/ ঐগী শক তাক্লবা কবিমত্ত লৈত্রবদি নত্রে ——। চৎপগী লোয়নাই বমনাইবরোইদবা লম্বী অমদা/ খোংথাং অমত্তনি থাংজিল্লকইবা/ নুংঙাইবদি হৌরে শৈন্দ্রে অমদা খোঙচৎ অসিগী"। 'Search for self' অসি পোষ্টমোদার্নিজমগী মশক অমনি। কবিগী অতোপ্পা শৈরেং/ "কুনমাথোইগুবা শতাব্দীদা নুংশি খুদোল" দা (ফীবাল অমসুং উফুল, ল. ৭০) মীওইবনা নুংঙাইথোকপা পামবা, ড্রাগ Culture, পোপ Culture, এইদস অনাবা খোরকপা মীওইবনা অচুম্বা নুংঙাইবা থিবগী তোঙান তোঙানবা চাংয়েং মযাম চৎথবা অদুবু অশেংবা নুংঙাইবা 'অসিনি' নত্রগা কংলে হায়বা ঙমদ্রিবা পোষ্টমোদার্নিজমগী মশক উৎলি — "গুরুংদগী হৌবকপ শাহিং চাবম্বা মীওইন/ অসুম অসুম শিংগৎলকুন/ পৃথিবীগী মপু পুমওই ওইদ্রবদ/ হিংবগী খমথেংব মহাও থিবগী/ লোযবা নাইদ্রবা খোঙচৎ অমদা লাকলি/——— হেন্না নুংঙাইব ——— হেন্না মরায় কাব মহিং থিবকই/ থিবগী লোইনাইদ্রব খোংচৎত ———— / ললোনখ্রে নুংঙাইব থিবদ মীন মীগী সদোং কমোদিতি ওইহনব্রে মীবু মাগী নুংঙাইনফম/ হীরোইন খোংকবি ত্রেনতীয়েথ সেনচুবীগী হিরোশিংগী দমক/ মদুদগীদি এইদস"।

কবি হাওবোংবম পবিমলগী শৈরেং "থবাযগী পোথাফম" (থম্মোই মীংশেল অমসুং অমমব, ল: ৪৩) দা কবিনা "অশংব পৃথিবী" গী দমক অমদি 'ওজন লেযাব কাযথ দনবা' অকোয়বগী ফীভম ঙাকশেন্দুনা Green revolution অমসুং Pollution control গী মতাংদা খোল্লাও পীরি। মসিমক পোষ্টমোদার্নিজমগী ইস্যু অমনি। কবিনা হাযবি — "অদুবু বাহং পাউখুমগী ওমশাওনবব/ মৈচাক্কী বাংমদা নেশান মরায় পংলকপদ/ থিরকই পোথাফম থবাযনা/ অশংবা পৃথিবীগী।/ ——— থবাযগী অরায়বা পম্বুংদি/ ওইক্কম থোক্তে উৎকী পূন্সিদ মোংফমগী/ সনফবগী মনমনা হাবব অভাংব গুলাপ/ মহাক্কী নুংগী লৈকান তেমশিংনরিবসি/ ওজন লেযাব কাযথবকলব অতিয়্রাস/ থবায়গী পোথাফম মহাক্থক,/ মুর্শিদ্রা?"

কবি অসিগী অতোপ্পা শৈরেং "ত্রিশঙ্কুগী স্বর্গদগী চিকোংলেগী স্বর্গদ" (থম্মোয মীংশেল

অমসুং অমমব, ল ৪৫) দা পুন্সিগী তোঙান তোঙানব চাংযেংদা অমমববু থিব, তোঙান তোঙানব পান্দম, নিংতম্বগী আশা, মমিনা অওইবদুগী মহুৎশিন্বা ( Baudrilled না হায়বা Hyperreal') অসিনচিংব তাকই। "ফজৈ ফজব পন্থুংগী রাখলদুমক ফজৈ/ পাৎযাইগী থম্বালশিংসি ফজৈ অদুবু ঐগী অমফাও ফংদ্রিঙৈ/ ——— থম্মোযগী লৈবোনুংদ হিলিব আশা/ অমুকসু কুপশিল্লি মান্নব খূন্নাইগী মাইখূন্ন,/ অচুম্বদু তত্তনা মোংফম ওইবি/ থম্মোযদ, খনাওদ, চীনবান্দ/ থোপকী লালগী ফম্বাকথকসিদ।/ ঐগী নুংশিবব কমবেড/ ইমাগী তম্পাক্ত/ ইমাগী বাজাব থিবকই। ——————————— ঐনা ঐগী অদুঙৈ মরূপপু/ থিজৈ চিংগোংলৈ পবেং মবক্ত।/ মচি অমদ মমোন নোক্তুন লৈবম্মী/ "কানদ্রে মরূপ চৎমিন্নবসি" মহাক্ক হায/ লাক্লুবনি ত্রিশঙ্কুগী স্বর্গদগী/ চিগোংলৈ স্বর্গদ।"

কবি বীবেন লাইশ্রমগী শৈবেং মনিপুব মাই হোলি প্লেস ' (শৈবেংগী মিংথোল অসিমক্তি পাচা মীতৈগী উপন্যাস — "ইম্ফাল অমসুং মাগী ঈশিং নুংশিৎকী ফীভম" দগী লৌববা খল্লি। শৈবেং অসিদা লৈবাক নীংবগী ইহুন যান্না নীংথীজবা poetic মেটাফোবগী মপান্না অনৌবা মশা*জিন নত্রগা অনৌবা মশাগৎ অমদা ফোংদোকলি*

*'ইমা পেন্দ্রিববা নহাকপু/*
*যাওশংগী আবিব কুম্মৈসি/*
*নঙগী লৈমায নঙগী তুবেল নঙগী উপাল*
*রাপাল/ যাওশিল্লবে লোযনমক*
*আবিব কুম্মৈসিদা,' মসিবু মঙালগী*
*তীর্থ যাত্রানি হাযবসিবা/*
*হোংদোপিবো ইমা অঙৌবা ফীজোল/*
*পকচদেনে নঙোন্দা অঙাংবা ফীজোল/*
*কৌশিনবিযু নচাশিংবু কোনশিনবিযু নথানুংদা/*
*নচা লিশিং লিশিংনা চোংশিল্লিবসি মৈনুংদা/*
*খাম্বিযুনে ইমা মখোযবু খাম্বিযুনে/*
*মঙালনা কৈদৌকনি খুন্তাক লানশিন্নখ্রবা লমদা"।*

হৌজিক মতমগী ওইবা লৈবাকনীংবগী শৈবেং অযাম্বা পোস্টমোদার্নিজমগী মনুং চল্লি। কবি অসিগী অতোপ্পা শৈবেং "মঙালবু ঈথৌ লাংজবশিংদা" (পাবি ইমোম লৈতববা, ল –) দসু লৈবাকনিংবগী খোল্লাও লাউবি —

*" ইশাপূম্বা অমম্বগী ফৈজুপ শুপচিন্দুনা*

*নিংঙাইদনা তুমখুন হুনবগী মতমলা হৌজিকপু ?*
*হৌজিক্তী মিৎ লাওনা পাংথোকলগা*
*চৎকদবা লম্বী যাথোক্কদবা মতমনি।*

*মফম অসি যাম্না মম্মী*
*মমগে হাযনৈ মমজসনু*
*মৈবা ঙাম্না থানগৎসি*

*মঙালবু যাম্না খৌবাংজবনি ঐহাক্তি*
*চৈনিংলবসু চৈবিযু*
*চৎলমলগে ঐহাক্তি*
*মৈবা পবেংগা*
*মঙালবু ইখৌলাংজবশিংদা*
*খুৎশীন্নরুনবা মঙাল"।*

মথংদা কবি ক্ষেত্রীশান্তি কুমাবগী শৈরেংশিংসিদা "লান" হাযবা বাহৈ তোযনা থেংনৈ। মসি কবম্বা মখলগী লাননো শেংনা খংহন্দ্রবসু কবি ক্ষেত্রী শান্তি কুমাবগী শৈরেংশিং অযাম্বদা লৈবাক নীংবগী ইহুন অমা যাম্না লাযনা উবা ফংই। হৌজিক হৌজিক্কী ওইবা মহাক্কী অথোযবা শৈরেং —— "শিংলীদা তৌবকপা টেলিফোন" লৈবাকনীংবগী শৈরেং অমনি। পোষ্টমোদার্নিজমগী মনুং চল্লি।

কবি নাউরেম বিদ্যাসাগবগী শৈরেং "কুবাক" (অনৌবা নুমিৎকী ফীবাল, ল ১) নিংথিজবা ইমেজবিদা সাগৎপা শৈরেংনি 'চুমথাংগী ফীজোল শেৎপা কুবাক', "ঐগী খোঙসে উমংগী উপালনি" "তাইবঙ মঙলানগী মীবাংদা থুবিঙে ঐনা" মেটাফোব শীজিন্নৈ। শৈরেং অসিগী 'কুবাক' অমসুং কুবাক্কী পম্বুং 'নোংজাবীনা ঈথক হৌবব হঙ্গাম মপানগী লৌবুক'— তোঙান-তোঙানবা অর্থদা লৌবা যাই । কবিগী অতোপ্পা শৈরেং 'অনৌবা নুমিৎকী ফীবাল' ('অনৌবা নুমিৎকী ফীবাল' ল ১১) লৈবাকনীংবা মখলগী অনৌবা শৈরেংনি —— শৈরেংগী মশাজিন, লোন্দা, ইমেজবী অমসুং মেটাফোব শীজীন্নবা অনৌবা মওং অমনি হাযবা যাই—

*"যাচঙলকপদগী*
*উমংগী উপাল বাপালশিংগী মবক্তা*
*যাবেক্লকপা*
*অঙাঙবা ফীজোল শেৎপা মচাশিংদুনা*

*মালংদা পাইহন্দুনা যেংজৈ*
*মচু তবেৎনা লৈতেংলবা ফীবাল ,*
*লোম্না লোম্না পুবকপা*
*মমাগী মল্লবা ফনেক মচেৎশিংনা*
*মীৎশেন খাঙদুনা তূজবকপা।''*

শৈরেং অসিমক পোষ্টমোদার্নিজমগী মনুং চল্লী।

মথংদা বাংলাদেশকী কবি এ কে শেবামগী শৈরেং - ''ব্ল্যাক আউট, থোইবী অমসুং চিঙখৈ'' (ঈচেল ঈবাওখোল, লা ১০) দা কবিনা মৈতৈ নুপীশিংবু অনৌবা মতমগী চাওখৎখোঙথাংদা, থাযনগী মোইবাং থোইবীগী মতীক মগুণ নীংশিংহনদুনা যাকাযনবগী খোল্লাও অমা পীবি —

*''মাঙ পাংনতা যেংদুনা*
*তান্নগদবনি মাঙ থাবগী লমজেলসে।*
*অঙকপনি থোইবী নঙসে।*
*কবিগীনো হৌজিক ফাওবা*
*মল্লবা মোৎলবা শেগাযববা কাম্থদুনা*
*নকোক ফাউবা কুপশিন্দুনা কৌবা*
*তাদবমখৈ তূল্লিবদো ?*

*হাংদোক্লো থোংনাও মচাশিংদো*
*চংঙক্লসনু ঙসিদি নঙগী কাসিদা*
*অযুক্কী অনৌবা মৈঙাল*
*থাবলগী মেঙলবা ঈপোম*
*বসন্তগী নামিবা মলযা*
*নীংতম উচেক্কী যারা খোঞ্জেল*
*নোংচুপ সমদ্রুগী ঈবাওখোল।''*

শৈরেং অসিসু মতমগী ওইবা লৈবাক নীংবা মখলগী শৈরেংদা থম্বা যাই। পোষ্টমোদার্নিজমগী রাখল্লোন চেল্লী।

এ কে শেবামগী অতোপ্পা শৈরেং — ''খোঙচৎ'' (রাখল, সেপ্টেম্বর - দিসেম্বর, ২০০৫) হাযবদুদনা মোদার্নিজমদা টেক্লোলোজীবু কা-হেন্না থাজকুবদগী ফংলকপা নীংবা কাযবা, কা-হেন্না individualism হাযবদি ইতোমতা হীংনিংবগী রাখলদা লুপ্পুবদগী

ফংলকপা কঙঙাওনবা পূন্নমক অসিদগী মীওইবগী থৱাযনা তোঙান তোঙানবা চাংযেংদা অচূম্বা থিবা, তোঙান তোঙানবা ফীভমগী মখাদা নুংঙাইবা থিবগী লেপ্তবা খোঙচৎ অদু ফোঙদোকই। পোষ্টমোদার্নিজমগী মশকনি —

*"তুবেল অমদগী তুবেল অমদা চৎলি ঐ*
*অখঙবা তুবেলদগী খঙদবা তুবেলদা*
*অনকপা তুবেলদগী অথাপ্পা তুলেদা,*
*ঈশিং থক্লে হাযনা নত্তে ঈরুজবগীদমক্তসু নত্তে,*
*লেপ্লাইদবা ঈচেলগী মনিল অমত্তং পূন্সিদা*
*ফাওহনগে তৌরুবনি।*
*নুপী অমদগী নুপী অমদা চৎলি ঐ*
*অখঙবা নুপীদগী খঙদবা নুপীদা*
*শক ফজবীদগী শক থীবীদা,*
*নুংশিবগীদমক নত্তে অপাম্বগীদমক্তসু নত্তে*
*থম্মোযনুংদা অতোপ্পা ঈহুল অমগী মমি তাহনগে তৌরুবনি।"*

*তুবেল অমদগী তুবেল অমদা চৎলি ঐ নুপীদগী নুপী 'মদা*
*উচেক অমদগী উচেক অমদা উপাম্বীদগী উপাম্বী'মদা*
*তোযনা তোযনা শিল্লি ঐ সমুদ্র অমসুং অতিযা*
*ককঙাওননা থিবি ঐদি পুন্সিগী ৱাংমদা লৈবা পুন্সি অমবু।"*

ৱাংলাদেশকী কবি শেবাম নিবঞ্জনগী শৈবেং — "শুনদা তাওবিবা পৃথিবীগী মফমদা" (ঈচেল ঈচাও খোল, লা ৫৮) দা মালেম লৈকোয অসিবু মীওইবগী হিংনবগী মফম, মীওইবনা হিংননবা খুদোংচাবা পূন্নমক লেমনা পীনবিবা, মীওইবদা 'নুংশিবা মপৈ মপৈ' — পীনবীবিবা অমা ওইনা উৎলি। মসি Pollution গী মাযোক্তা অমদি Deforestation গী মাযোক্তা পীনবক্লিবা খোল্লাওগী শরুক অমনি হাযবা যাই। Ecological balance ঙাক্তুনা অমসুং Green Revolution তৌদুনা Ozone layer পাশিল্‌হল্লকপগী মাযোক্তা লাউনবক্লিবা খোল্লাউগী মশক অমনি হাযবা যাই। পোষ্টমোদার্নিজমগী ৱাখল্লোন্নি —

*"ঐগী নুংশিজববী থম্মোযগী ওইবিবা পৃথিবী,*
*কযাবক হলেংবা মীওইশিংনা মখোযগী*
*তুক্কচববা খুদোম্বীনা নঙবু খোৎলি, থিল্লি,*

*অদুবু নঙদি*
*নঙগী থম্মোযগী সুবদা তাওবি শুন্দা*
*নঙনা থল্লি তুংশিন্দুনা থম্মোযদা*
*মখোযগীদমক নুংশিবা মপৈ মপৈ।"*

মপান মনিপুবগী মনিপুবী শৈবেংদা খৃ চহী ১৯৯০গী দেকেততগী হৌনা পোষ্টমোদার্নিজমগী ৱাখল্লোন উবা ফংলে হাযবসিগী মতাংদা নৈনবিবা অসিনা অহানবা ওইবসনু। নৈনবকখিগনি মতুংদা। কলাগী ওইবা পোথোক নৈনবদা হাযবিবসিনা লোইবে হাযবা লৈতে।

অবোইবদা হাযজনিংবদি, বোদ্রিআবনা ফোঙদোক্লম্বা ৱাখল্লোন হাযবদি — 'মমি অদুমক্লা মকওইবনি, মমি অদুদনি মীওইবনা ঙাওনবিবা, মীওইবনা পান্নবিবা' — হাযবসি খন্থুদুনা যেংবগী মতম ওইবে। মহাক্কী লোন্দাদা — "There is a kind of primal pleasure of anthropological joy in images, a kind of brute fascination unencumbered by authetic, moral, social or political judgements."

তান্নখিবা লাইবিকশিং অমসুং চেফোঙশিং —


১। "Preaching to a Postmodern World", 2001 – *Grahm Johnston (Baker Books Grand Rapids, Michigan 49516)*

২। "Christian belief in a Postmodern World" *Diogenes Allen (John Knox Press Louisville Westminster 1987)*

৩। "The Gagging of God Christianity Confronts Pluralism" *Donald A Carson (Zondervan Grand Rapids Michigan, 1996)*

৪। "This Culture is Overrated" *William A Willimon (Leadership, Winter, 1997)*

৫। "Great Xpectations" *Mergaret Hornflower, (Time, 9 June, 1997)*

৬। "No God but God" *Os Guiness and John Seel (Moody Press, Chicago 1992)*

৭। "Blind Alley Belief" *David Cook (Inter-Versity Press Leicester, England, 1996)*

৮। খোবিবোল, ফেব্রুবাবী, ২০০০ ইং —" পোষ্টমোদার্নিজম ঃ মীৎযেং অমা" — *ব়াই বাসবিহাবী (নহাবোল খোবিবোল সিল্লুপ, আসাম, লখিপুব।)*

৯। খোবিবোল, নভেম্বব, ২০০১ ইং —" বোবাক তম্পাক্সী মনিপুবী শৈবেংদা মোদার্নিজমগী মশক" — *ক্ষেত্রিমযুম নোবিন (নহাবোল খোবিবোল সিল্লুপ, আসাম, লখিপুব।)*

১০। 'ব়াখল', মে, ১৯৮৮ ইং দিসেম্বব, ১৯৯৮ ইং, সেপ্টেম্বব - দিসেম্বব, ২০০৫ *(নহাবোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ইম্ফাল।)*

১১। "মনিপুবী শৈবেং নৈনবা অমসুং অতৈ ব়াবেং খবা" ১৯৯৮ ইং — *লনচেনবা মৈতৈ (বাইটর্স ফোবম, ইম্ফাল।)*

১২। "ব়াহৈ অমসুং সুব", ২০০১ ইং — *দিলিপ মযেংবম (বাইটর্স ফোবম, ইম্ফাল।)*

১৩। 'সাহিত্যগী পাউ', জুন - আগষ্ট, ২০০৫, "যৌজিক মতমগী শৈবেং ঃ নহা ওইবিবা কবিশিংগী মীৎযেং" — *কোন্সম কুলধ্বজ (বাইটর্স ফোবম, ইম্ফাল।)*

১৪। 'সাহিত্যগী পাউ', সেপ্টেম্বব - নভেম্বব, ২০০৫, "মনিপুব ব়াংমগী মনিপুবী সাহিত্য নৈনবা" — *পি বিপ্রচান্দ (বাইটর্স ফোবম, ইম্ফাল।)*

১৫। সেমিনাব চে — "মপান মনিপুবগী শৈবেংগী খোঙচৎ, ইং ২০০০ গী মতুং" — *থোক্চোম বিশ্বনাথ, ১৪/০১/২০০৪ ইং (৪১ শুবা চহীগী মীফমলেন, মনিপুবী সাহিত্য পাবিষদ, আসাম।)*

১৬। মনিপুবী, অহানবা মশীং, ২০০৫ ইং — *(আসাম ইউনিভর্সিটি মনিপুবী মশঙগী মহৈবোযশিং।)*

১৭। "পোষ্টমোদার্ন ভাবনা ও অন্যান্য", ১৯৯৭ — *পার্থপ্রতিম বন্দ্যোপাধ্যায (বেদিকেল ইমপ্রেশন, ৪৩, বেনিয়াটোলা লেন, কলকাতা-৯)*

১৮। "সাহিত্য নবপর্য্যায, নং ৫৩, ১৫ জানুযাবী, ২০০১ **(সাহিত্য প্রকাশনী, কলেজ রোদ, হাইলাকান্দি।)**

১৯। Literature as Vital Art - I & II, 1991 – *(Sahitya Academy, New Delhi)*

২০। "The Condition of Post-modernity An inquiry into the origin of Cultural Change *Davit Harvey (MIT Press, Cambridge,Mass , 1987)*

২১। "Post What ?Renewing our minds in a Postmodern World"
*Martin Robinson (On Being 24 No 2 March, 1997)*

২২। "Focus on Postmodernism and Cinema"
(A journal of cine society, Mosaboni, Vol 15, 1997)

২৩। "Postmodern Times" – Veith

২৪। **মবী লৈনবা ৱেবসাইট খৱা।**

---

[ দি মনিপুরী লিটারেরী ফোরাম, আসামগী ৩৬ শুবা চহীগী মীফমলেন, কবইকান্দি পাব্লিক হাইস্কুলদা নভেম্বর তাং ১৯, ২০০৬ ইংদা পাঙথোকপা অদুদা পাথোকখ্রবা। ]

✹ ✹ ✹

## — ক্ষেত্রিমযুম লোইবিনলা ইবা লাইরিকশিং —

১। অসুকচাওখৎযুগসিদবু কবিগী খৃষ্টান চঙগদগে ?

(বারেং, ১৯৯৩ খৃ চ )

২। মঙান অম থিবদ

(শৈরেং, ১৯৯৫ খৃ চ )

৩। হিংবৈ লানফমদ হিংহৈদ্র' মরক্ত

(শৈরেং, ১৯৯৬ খৃ· চ·)

৪। খৃষ্টগী থৱানমিচাকশিং, খুন্নাইসিগী খন্দোক্রবশিং

(বারেং, ২০০২ খৃ· চ·)

৫। অবানখুভমগী মিকৌখোল

(বারেং, ২০০৪ খৃ চ )

৬। খৃষ্টান-থাজঙাকলোল

(বাবেং, ২০০৬ খৃ চ )

৭। **Through the Cities and Villages of India with the Gospel**

**(Prose, 2006)**

৮। মপান মনিপুরগী মনিপুরী শৈবেংদা মীৎয়েং অমা

(বারেং, ২০০৬ খৃ. চ )

✸ ✸ ✸